# কবো লোই

কথোকচবাঃ——

ঐবু লমজিংবীরকপা। শিক্ষাগুরুগী চরণদা

চিরাশ্রিত —

শ্রীস্মরচান্দ শর্ম্মা —

ব্রহ্মপুর।

তাং ১।২।৪৭ ইং

মমল ১।০

# কবো লোই

১ বা পঃ

লখ্বী

---

চাওংদোন থক্কী ঈফূৎকুম
লোইবা নাইদন শাবকপা
মিংস্নাদ চনবা ঈবানা
তাকনবা মখোঙ্ চামথোকলে।

কং[illegible] [illegible] [illegible]ব শিবেংদা
[illegible]বা [illegible]বদ খাজদা
কুমই [illegible]নী [illegible]ঈদা
লাইজ [illegible]নবা পূ[illegible]গুম
মহেনা [illegible]লবী [illegible]মেলগুম
মৈগী চৈং[illegible] [illegible]নগুম
নুংশি বাঙ্গীনা [illegible]খলনা
খাজ [illegible] লাংলবী

নাইতোম শাংপী লৈগুম্বী
অপাবা লৈচন কপকুম্বী
লৈবা তোমথিন শাংকুম্বী
মিংস্না ওব ঈহোবী
মাঙ্গখোং লৈদা লকচবী
থাম্মোই মৈহুম চনবী
পাম্মু শেংনা মৈচাকনা
পুক্লুং বাবা খাঙ্নদা

হুংশা ফুঙ্গনা হোল্লিবী
চিঙ্‌খুবগী মমোমলোই
'মত্তা ঙাঙ্গজবী সনাহল
থূমন তোম্পোক মঙুংলাং
শেম্বী পাংনা কূমলকলি।
লৈমকোন্দা পোকপীনি
অঙকপা মতম খোঙ্‌লৈনি
অঙকপা মাগী মগুণনা
যুগ কোঙ্গাঙ্গ মমাঙ্‌দা
মাঙ্‌দা য়েংউ ঙসিদি
ওইরমদবা ওইরকলি
'হুগা য়েংউ অসোমদা-
কৈস্থু লৈতে থল্লম্বা
মমি ফাওবা উথিদ্রি—
ওইথোক্তবোই নিঙনরে।
কনানা তমথী ঙাংনরি
মীচঙ নাইদেস্থু হাঙ্গনরি
অপাম্বত কৌনরি।
মোইরাং থোইবী শকহেনবী
মতমনা লূনা য়োক্লকই
হুঙাইবা শরূক লোইখ্রবী
লোইগী লম্বীদা চংলরি
ঙরাংতগী খোথোক্লা
তাইবঙ চীঙ্‌জাউ মতোউম
নাইজহনবা য়েংলকই

মনাউ ইবুঙো যুবরাজ
নিংথৌ মচিন মনাউগী
মপাবুং চারক মতুংইন
কবো লোইদা লেঙ্‌লকলি
× × × ×
নিংথৌ কোন্দা চাউবীনি;
ঙসি ইরৈদা লূপলরি।
তাইবঙ পূম্বা শুমলিদো-
ওইথোক্লমদবা কয়ানা
মশক পান্না চোংথোকলি
উরমদবা উরকলি;
ঈরাঈ লাঙ্গনা নিঙলম্বা
তপ্পা তপনা মূথখি্র
মঙ্‌দা ফাওবা মঙ্‌লদ্রে
নৌনা করি হাঙ্গগনি
কনানা হুংশি শোন্নরি
মথৌ খঙবীস্থু থোন্নরি

মতম তম্পাক্তা চাউরকই
নিঙজব থুংনা পাল্লকই
য়েলহৌ ফবী শকহেনবী
ঙসিস্থু মতমনা লমজিংলি।
মঙ্‌গী মতৌ মান্দুনা
রাথম্না থম্মোই থন্দুনা
খোংনা নৌনা হাঙ্গরকই

জাবিম্ন ঈপু হঞ্জবা :—
নথা পোম্লবী নগুনি ;
ননমদা থোইবী চাউবনি ;
ওন্নি কোয়ৌ নোংজাদা
থৌদূ নুংগুম কনবিম্নু
কেগে কনাস্নু তাকপিন্নু
পুম্নমক খওবা ঈপুনি
ঈপানা লোই থারকপা
কংথোকখ্রবী হকচাংসে
করম্না ঐগী ওইসিগে
খম্বতগীনি খঙবিম্নু।
নূপী ওইবী মংোক্তা
মূর্ত্তি অনি লাংফদে
মন্ত্র অসি তম্বিখি।
সতি ওইবী মতৌনি
থরাঈনস্নু য়াজদে।
নৈত লাঈবনা য়োমদূনা
চীক্লা পেম্না· পানজনি।
অরাবা কযা পীসম্নু
ওম্বমখৈ ওৎসন্নু
মাদূনা নিঙোল রাজদ্রে।
লোম্না সমুদ্র তম্বগুম
মুংশি নাক্তা য়োজবা
নোক্ল নোক্লা লেনগনি।
তম্নাং তশোইবী থম্মোইসে

পম্মৌ য়াথংনা ওসিদি
পোকইঙ্গী ঈপুনি
থাজব ঈপুগী থম্মোইনি
য়ারবী নগু ইকাদা
ঈকাই খওদে হাঈবিম্নু
পাবুং নাকোওস্নু য়োবিম্নু
নগুনা করি হাঈগনি
খুমন মগুং লাংগিনি।
পম্মৌনা য়াদে হাঈদূনা
তোম্লবী থরাঈ হকচাংসে
ঐবু পোকপী পলেমনা
পুক্লিও অনি লোঙকদে
অসি হাঈনা তাকপিখি
সিস্নু ঈমাগী য়াথংনি
অপওবী ঐস্নু পামজদে
খাংপোক শওদা নৈগনি
লোয়ুম্বা সেবা ফংজনি
লোই চামা থাসম্নু
নৈপাকনা শাবা ঈশাসে
নগুনা থোইনা কিক্লদে
ফল্গু গঙ্গা মতৌগুম
পামু কা-দা থুংজবা
রাথল অসি মাওওইনা
অসোনবী ঐগী পুক্লইগে
থাংজিংনা চাং য়েংবনি

ঐনা ঙমজবাথোক্নদি
নত্ত থোইন ৱাজদে।
নত্ত অসে চঙলকলে
বিদায় লৌবা তাল্লক্লে।
ইপাগী নাকোঙ য়ৌবীম্মু
লাইবক চাউবী থোইবীনি—
চঙফম লৈজত্রবীনি
মাবু ফংনিঙবা ময়াইনা
তাইবঙ মশক উবনি

× × × ×

তেংথা নাউরোঙ্গ লোঙ্গনবা
হক্সবা তাবা ঙমখিদে
"ওক্লে ওক্লে সনাহল
পুনশী চূপ্পা ননাইনি
ঙসি কোরৌ শুমিত্তা
খূমন নোংয়াঙ্গ উন্নবা
থা জিংনা কৃপা তৌসন্নু
লেঙঙু সনাহল, উন্নরু
অতুগা তাও সনাহল!
নপাবুং য়াথং ঙাক্লিত্রৈঙে
চেনবা চোংবা তৌবদি
সনাহল য়াবিরুগন্নু।
নপুগী দণ্ডি লূমগনি
নপাবুং লিংজয থঙবীনি।
শাবী শানৌ অনিদো

শৈ মৈতানগুম লা-গনি
অমুক্তা হন্না য়েংবীয়ু
তোল্লবীগী ইকমদা
ঈকাই খঙদবী হাঙ্গবিন্নু
তাইবঙ মালং অসিদা
নিংথৌ মচা ওইনন্মু
ঐগী হাঙ্গবা মাতনি
ঙসি ফাওবদা থোইবীনা
হিংনা লৈবা ঙম্বনি।"

অতোল অতাং ৱাহৈদো
মথুংনা নাকোঙ মেনখরে।
পাঙ্গন শোনবা নপূনি
খাঙবা ৱাবা ৱাহৈনি।
সনা পুক্লিঙ থুংনবা
লোইগী বিদায় তৌনবা
সতি পুক্লিঙ থু সন্নু।
নপু 'সিদা লৈরমগে;
শেম্বী পুঙদা য়ৌদ্রিঙৈ
মরক্তা লম্ফে চংপদি
খম্বনা ফনা হাঙ্গসন্নু
অতুম তৌখিবা থোক্ল'দি
ঐনা কার হাঙ্গগনি

× × × × ×

অদন অমবু ঙম্নকই

মহৈ মহৈ চঙশিনৈ
শেংবগী পেনবা লৈশঙ্গ
শীকনা লমচৎখঙজবী
অপিকপা য়েন্দুম মচানা
পাইশিন্দুনা নপ্পগুম,
রানা লংশাং লাক্লগা
ঈগেল কন্না চেনবগুম
খোঙকাপ তোঙ্গনা থাংখরে
অকনবা নোংলৈনা ছুমহৎনা
বসন্তগী অমুক্তা
অনৌবা উরা মতৌগুম
চেৎনা মথোঙদা য়েংহৎরে,
ভাইবঙ মালং কাউখরে
মিংক্কা 'পনা পাউদমলে
মশা নিকনা খাঙলমগী
চেৎনা চাননা কেঁনবীরে
চীঙ সেম্না লেপখরে।
পুক্কিঙ লংঙ্গাই চনশন্না
লোয়না স্বই মাঙখরে,
হিকনা হৈনা কপচরে
অকিবা মশক খঙদরে।
থংলেন মানজ পাম্মুব'।
মশাক খিবী খুজানি;
খুংশি লম্মন শিংলুপে
পস্থৌ য়থং ইল্লুগে।

মিং মরি শেংনখি
মিংলু ঈরা:চম্নরি
চাউনা নাউখী শাজবা
য়োৎচবী নাক থৌবশা
অপীকপা থোং মচানা
মাংদা সমুদ্র উবদা
হরাউনা ঈপাক তিনবগুম
মশাবী নাক যৌবদা
হেৎশম্না উরোং ফংদ্রবী
নৈনা হেম্নিং ছনজবী
নিংজবা উরোং থংজরে
ভাইহাক স্বর্গ ফংগরে
হশ্মোই খুংগী খুঙাইবা
নোংলৈ খুংশিং কিবনা
তনৌজবী উরৈদে
উরোং মনিঙ থুঙরে
গুসাঙ্গ মখ্ব রু রশ্মা
মশাবি নাক যৌন্দা
কেথোকচফম খংজরে
অরুপা কোকথোং থাক্সরে
"ভাবিয়ু 'বক্তা খুংশিবা
লাইবক চাউবী ননউনি
শেগী পুঙ I কৈ কগে
অমরোমদা হাংবগ
লোইদাম শরগী দমক্তা

মনাউবু বিদায় পীধিখু
মুজা পাঙ্গল হাপ্পীয়ু।
খুনসী চুপ্পা চঙজবা
কনথোকপিনু মুংশিবা !
অন্না' লিশীঙ হাপসনু
মুজা পুক্লিং শেপচরোই।"
খুমন তোমপোক অথোবা
অকনবা মিৎস্না অনিদা
খদাঙ চিক্লা হাঙ্গিরকই

নখোঙ খুয়া উফুম্না
অকনবা নঙগী সেগাদা
ব্লাথোক চাউই হাঙ্গিদুনা
লোই চামস্থু থাসনু
সতি ধর্ম্ম কাঙ্গিজরোই
× × × ×
অস্থুম খাঙবা ঙমলক্কে
অশাবা মৈরী কাপতুনা ;
নোংশা' লাল্লাউ লাউরকই।

"নিংথৌ মনাউ যুবরাজ
নুঙগুম্বা থম্মোই পাল্লগা
নচামক্কী পুক্লিঙদা
মীনুংশি খঙদ পুকচেন্না
মরান ফন লৈসনু
মরানগী মতিক য়েংগনি
নুপী অঙাং য়েংগনি
মাসিনা নিংথৌ ব্লায়েলনি
করি হাঙ্গিয়ে অতুগা
শকহেনবনা লিান্দাউবা
নংগী শবৌস্থু য়াওবশাই
ফৈ-ফৈ খাঙউ হনগনু
নঙস্থু অাোম মচানি
অঙোম খুমন অনিগী
কনানা শাবা য়েংনসি

নচানিকো থোইবীসে
করিগী নচা পোল্লিবা
করি লৈবা য়েংদবা
করম লৈপাক ঙাক্কবা !
পাপ কয়াস্থু তৌসনু
অন্নম অয়াং থাঙ্গিগনি।
দণ্ডি মশক তোপকনি
অচুম্বা বিচার মতৌনি।
অঙোম নোংবান কোঙয়াম্বা
য়েক্লা মাঙ্গিয়োক কিগনবা —
খুমন ঈ-বু লংনবশাই
ঈমাঙ্গগী চেনগনু
ঐস্থু খুমনদা পোকপনি
লু-দা পকপা ঈ অসি
নিপা লিংজেল থংনসি

নত্তে, সনাহল ওন্নরে
ঙিঙোল নথৌ লোইখরে
খূমন লৈরি কাউবিন্নু
ঐহাক খূমন মচানি
মোংরাংদ মোইরাং লৈগনি
মোইরাং মকোক কাওসন্নু
য়েন্দেম থরাক মতৌনি
খূমন লাম্মী হৌরুগে
য়েরুবা মরু ফুক্তোক্কে

অশাউবা মৈরি মূৎলকই—
মাংগী মতম লাকখিনি
থাংজিঙ্গী ঈঙ্গিৎ য়েংখিসি।
মুজা থরাঈ নওগীনি
ননাউগী পুক্রিঙ থুংহল্লু।
পাম্মুবা লম্মন শিংলুগে
মতুংগী থোকপা লাকসন্নু;
নিংথৌগী ঈ চেল্লিদো
করি করম তৌগনি
মুজা ঐস্নু খঙজৈদো।
অকনবা নংগী পোকফমনি
তৌরমদবা লৈতেদো
ভাইবঙ অসে ইবুঙো!
ঐখোইগীস্নু মতম লৈ।"
অকনবা থম্মু মোপুরানা
খাওবা হৌনবা খাওলক্লে
পাখং থৌদংক্ত মঙাঙ্গরে।
কনাবুস্নু কিবীন্নু
খূমন তাম্না চৎকনি
খূমনদ খূমন তুওগনি।
নোংবান লিশীং লাকসন্নু
অমত্তা খাক্তা শোইগনি।
মোইরাং তমনা ফুজনগে
লম্মন মথাক লোইথোক্কে।"
থোইবীনা নৌনা হাঙ্গরকই
"অকনবা নংগী রাহৈনি
থম্মোইন্নুংদা লোৎখিসি
খুয়াখাগী ননাইনি
নিঙোল রাশক ঙাকপিয়ু
পম্থোগী য়াথং ইল্লুগে
মাসিমতদি চানবায়ু
ননাউগী হকচাং অসিস্নু
মাংদা য়েরুবা উরগা
খুৎলাই করম পাঙ্গগনি
খূমননা কনা কিগনি
অথৌবা নংগী নকাদা
অহুমনদি ওইরগা
মতমগী মথা পোল্লিদো
থোইবীগী রাশক তাবদা
হন্থনা য়েংবা মীৎয়েংনা

থোইবী তম্না যেংলকই
পাথং থৃ'না ন'নহুনা
" অদূবুনে সনাহল !
নপাবুং সনা য়াথংসে
মীরোন লোনবা লৈবাকনি
সনাই নশল য়াওদনা
মরোন ঈরোশ্নি ত্থিম্নদা
মীগী মীথা পে'ন্দুনা
তরক তরক লৈরুবা
পাথং থরাঙ্গী থাওওমদে !"
লৈরীক্লুম চূম্বী শমলাংদা
কে ঈর'ওনবী মিংস্নাদা
কোকিল শোস্থ ও হেন্দুন'
তাকএবা পুকচেল ফ'রকই
অকনবা নওগী মূর্ত্তিনা
লাইবক থিবী খোঙনীনা
জগৎকী অর্র বা লাকসন্ন
ননাউনা যেংইনা কিকদে।
মীগী মনাই ওংদূনা
নোক্লা নে'কা তেনগনি
থম্মোইগী মূর্ত্তি লেংথিল্লি
মপাংথোংগী হকচাংনা
চৎথেক চংশিন নামজবা
থবক তম্বা থোক্ত'নি
ঐবু শেম্বা থাজৌইনা
থা ইমজবী লাঙ্গথোংদো
থেম্ন' নৌ। হাঙ্গিরকই—
ঐনকনা পুওমদবা
করম্ন শেম্নীদ থাঙগনি ?
চৌঞ্জক তিম্নদ মফমনি
সুজা নথন থাংনূব' !
ননিঙ তৌজগী নহাক্লা
নাইতোম তবী ও দূন'
রা ল তসি থনহদা
থাজমানগী ম ঈথেংদা
থেক্লা লৌনা হ'ইগৎলি,
তরং লাঙ্গজ লোঙ্গননা
নূবা মপাউ যেল্লকই
পোইনা রারোচ ইহঙ্গো !
সুজা থম্মে ইদা তাক্লই
থূ'ন শেগাদা থূংগিও
ওকিগা 'পূম্ব তিনসঙ্গ
মবোন জোনগা মীথ'পোন
লাঙ্গনা থেদা ঈনগ'নি
নিংজবা ল'ইন' পেন'বিরি
করিগীদমক রাগনি ?
পঙ্গল থরা শীক্লা
তুংগী লম্বী পাক্ত'নি
থাংবা হম্ব হৈগনি।
পাম্মু কাদ থুবদা

মতিক চাম্রি থম্মুনা
মনাউবু চাং য়েংবন
অতৈ থোকৈনা থল্লদে
লুমিং শীঙবুম খরদং
অকনবা শকক্ষম তাম্নবা
লাইবক খিবী লুজান
কোক্তো নখোঙ থম্বীয়ু।
অসি হাঙৈবা লেংঈননা
খুমন মখোঙ কেনরে—
লৈরীকুম চুম্বী শমলানা
চীঙদোন থক্কা ঈফুংকুম
মিংস্নাদা চেনবা ঈরানা
খাম্বী মৈনা চাকপদা
সতি পুক্নিঙনা নিঙখিবা
লিংজেন খাবী থোইনীনি
থাম্বা য়াংরোই থঙদুনা
মুংশি কাঙৈনা রাখশনা
খম্বা মপাউ মেল্লকই—
পাখঙনা হোংউ হাঙৈঙমদে,
লুজা রাশক থিংনিঙদে।
সনা মাঙৈথোং উংদ্রংঙ
লাঙৈরবী মাইথোং নঙনা
চা-থুং ফি-থুংদা মচানি
কে-গেদা তোম্না পানবনি
ঈপা অকনবা মচানি

খুদ্রশেম মপুং কানবা
অকবতা ওইগনি।
রাগনিস্থু কিরুদে
লুংশি চেংলো উদবা
মাসিঙনি চিংনবা।
রাখোক চাউবী ননাউনি
লুজা পাঙল হাঙ্কিস্থু"
থাজ মাঙৈথোং নোন্দূনা
হৈনম লৈনমনা হংরবা
মশাবী মখোঙ শেংদেংক্লে;
লোইবা নাইদনা তরকপা
অকনবা মখোঙ চামথোক্লে।
মথাদা মৈরী ওস্থদে
থক হোংবা হৌনদে
নিংভোল রংখল হোংথিদে।
মিংলুদা পি লোপননা
অকনবাখোঞ্জেল নিঙ্কুনা
"সনা পুক্নিঙনা নিংথিবা
নিংভোল পুক্নিঙ য়ুংখিবা
লোইগী মতম লোইদ্রিবৈ
পলেম শকপী ঈচেগী
লুপী মশক হেংজরোই—
লাঙৈরজবা ঐরাকনি
অঙমনদ ওইরগা
পুরেনবনা পোকপনি

পাৎং রাশক কাঙ্গজরোই
থম্মোই সুংগী মূর্ত্তিসে
অরেপ্পা পুকচেন নত্তনা
মতিক চাবা খূদোলনা
লাঙ্গরবা ঐনা ওমজন্দে।
মম্নুং হোবা রাককসে
রাংলেন মিৎনা কূপ্পস্নু
ঘুজ্জা নত্তেং ওইগনি।”
সুজ্জা খৎনা পাঙ্গরগা
মশাবি য়েংনা হাঙ্গরকই
ঈরেপ্পগী রাংখরে
অহেনবনা ককপিয়ু।”
সনাদা হন্না পীরকই—
মশাবি তম্না য়েংলকই—
তাবিহৌরো লাইয়ামস্নু!
পাম্মু সেবা ফংজবা
শোঙ্গরোইদবা লৈরবা
কোওয়াং মতেক অসিনা
নত্ত্রবদি কওসন্নু।
শেম্বীপুঙ্দগী কারকপা
সুংশি খোঙ্গুল লীরকপা
অসি হাঙ্গবা লোঙ্গননা
মতোম্না লৈ-দা য়ুংশিল্লে
রা-দা চিংনা য়েংলকই
থা জীঙ কৌবা ঈবুধৌ!

থূমন পুক্কিও হোংজারোই,
কৈদৌম্নংদা মূ·চরোই।
চিরবা মতম অসিদা
সনা পুক্কিও পেলহনবা
ঐনা পাঙ্গরিবা কোওয়াংসে
ঈশামকনি নিওবীয়ু
কাম্নবা মতম লাক্কনি
কোওয়াং চৈস্নু লৌদুনা
মরেপ তম্না য়েলকই
“চৈস্নুনা শাংবা হেনথরে
মতাং মরি থাকপিয়ু
খম্বনা তম্না ককথংলি
পাইরক ফবী থোইবীনি
“য়েংবীহৌরো ইবুঙো!
থোইবীনা সতি শেংলবা
সুংশি কা-দা থুজবা
ওসি ঐনা থাজবা
মপাল ফা-না হৌসন্নু
ঐনা লোইদগী হল্লকপা
ঈপাম লমদম পালকপা
নিঙোল লৌসিং ওইজগে।”
মকোক মমৈ ওন্নলা
মখোঙ্দা লৈপাক খোংচিল্লে;
থাজীং কৌদুনা হাঙ্গরকইঃ-
মোইরাং কোম্বা লাঙ্গনিঙ্গথৌ!

নশূনা ওসি থাজবা
কোওয়াং মকক অসিনা
পাখী ফা-না হৌত্রবা
লাইগী শীওদা চনখ্রোই,-
লাই সাক্ষী য়েংলকপা
লাইবক থিবী ঈশাস্থ
অসি হাংবা লোইরগা
চেংলে চিংনা য়েংলকই
"পাস্মুবা! নপাউ চংখরে
মঙ্গল ওইবা ফংজগে
অমুক হন্না খুরুমলে
খুয়া উফুল লৌজরে
নুংনা শাবা মূর্ত্তিগুম
খম্বদো য়া ঙাওখিদে
তপনা নৌনা হৌগৎলে
মওদা থোকপা থোথোক্লুম
নোংয়াঈ লেপ্তুনা লৈহোরে
উরিমথৈ য়েংশ্মী
উনা উনা থাপখরে —
মুংশা ফংদনা তোন্নরে,
খুবাং অনি লোন্দুনা
তেক্তা কঈদা থম্বীবা
থাংজীওদা বর নিনরে।
লৈ-না হন্না য়েংলকই
মিংকী কারন লানখরে
মতোন্না লৈ-দা য়ুংশিবা
মনা মশা লোংদুনা
মোঈরাংদা খুবম লৈরম্রোই
থোইবীনা লোই কারকপা
কোওয়াংনা ময়োন চোংত্রবা
পৃথ্বী লৈ-দা তিনসনু"
মশাবীরোমদা ওনশিল্লি
মিৎলু পিনা চোল্লকই
লাই সাক্ষী থমজরে
নিঙোল পুকনিঙ থুংজগে।"
অকনবা মখোঙ শোকচরে
নূরা কোক্তা হাপচরে।
থৱাঈ পান্দবা মতৌগুম
তিঙক মাঈঙক লেপথরে।
হন্না য়েংনা লাপথোকখ্রে
খামগনি হাঈবা কাউবগুম
মিংফম হোংদনা য়েং হৌরে।
উরিমথৈ য়েঙহোই
অমনা অমবু উদরে
থাংজীও চীওদোন য়েংদুনা
অমনা অমগী য়াইফবা
মহৈ মহৈ নিঙনরে
থোইবী কৌবী শকহেনবী
পাম্মু মশক উদরে -
অশাংবা শোর হোনখরে

লাঙ্গথোং লৈ-দা লূকখরে।
"খাইনরমদাই মতমদা
মিংলু নাপোম অনিদা
আতিয়াদা নোং উদূনা
করিগা নঙক লৈরম্বা
করি তেংথারোন শকলম্বা।
নশা তপনা থপখিবা
কোক্তোন লৈনা কোঙ্গরম্বা
পাইনিঙদনা পাইখিবা—
নঙগী অরাবা শকফমদো
অশংবা তিল্লা মকোঙ্গদা
অচৌকপদা চৌকনা থোকপী
নোংছাল্লমদাই শজীকুম
ঐনা করম কউগনি?
মতোম্না লেম্ফু শাবদে
মতৌ করম তৌগনি!!
সতি মঙ্গল চাউহল্লু
থোইবী মিংলেন মূত্রিতৈ
মোইরাংদা ঙরংনগনি।"
অসি হাইবা লোইননা
ঙ্গংশা ফূঙ্গনা হোল্লকই
সনগী লাঙ্গৈ থেংলকই
লোঙদাই তপনা তল্লকই
ছনা অমুক য়েংলকই
থুনা অমুক চঙলকই

+ + + +
করিগী চংনা য়েংলম্বা
করিগী ঙরা উংলম্বা!
চেকপা পাইগে তৌরমদাই
অগ্রাবা থোম্বাঙ লোঙ্গননা
নঙনা রানা পাইখিবা
পাইনা পাইনা য়েংলম্বা
লৈ-না লৈ-লন খাঙলম্বা
থম্মোইনুংদা য়েকথেদো
পাথং থম্মোই শীনথেদো!
নোংপোক থংবা নোংলোন্দা
পীকনা মশোং চউব্বী
তরক তরক য়েংলম্বা
নথুংনা থারম্বা রকফসে
মরোন করম চেংগনি
তে থাংজীড কুবীম্
থাংজীড নঙ্গুণ হেংগনি
থাংজীড নমিং লৈগনি

রাদ্দা চিংনা য়েংলকই
অমুক লম্বী তমলকই
অমুক লৈদা লুকথখি
ঙাহো ঙাহো চংলকই।
রা মতেক্তো উরকই
মুম্না রা-দা য়েংলকই

অকোঈবদা হৌরিবা
ফুক অমুক হৌগৎলি
ঙাইহাক জ্ঞান তারকই
ঈকাইবা মথল পোক্লকই
মশানৌ চেকলা লোঈননা
মুঙাইবা ইপোম হৌরিঙৈ
লৈমাঈ থক্তা কেনথ্রবা
তাখিবা মপা লাক্কুনা
লৈনা লৈনা থানবগুম
থাদোকঙমদে মফমদো ;
মফম হোংগে ঙমখিদে
অশাংবা শোর হোনখরে।

তিলোই মথে কোঈদোকই
শংব্রিক মুম্না য়েংলকই
মী উবরা য়েংলকই
হকচাং লাঙ্গোঈ চম্লকই।
নোংমদোন থক্তা পাংরিঙৈ
কল্লক হেম্না পান্দূনা
য়েক্লা থূং চনথ্রবদা
কোঈনা কোঈনা পাইবগুম
থূমন নোংয়াঈ অথৌবা
তপনা থাংলিবা খোঙথাংদো!
লৈ-না কোঈনা চৎখরে

---

# অনিশুবা পন্দুপ

## কবো কোম্নুং

---

উজ্জখিনে নোংমা
          চেংলৌদো নিঙথিবা
থ্রেকথ্রেনে থম্মোইদা
          শকফমদো ম্নুংশিবা।

নিংথিবা কবো কোম্নুংনি
তাইবঙ ঈচীক ছনখরে
অমুবা ফীরূক থুমখরে
তুম্মু নিংথৌ মমোমলোই
মতা থোইবী য়েংলকই
"ইতা 'বেম্মা ম্নুংশিবী!
অঙকপা নঙগী নগুণনা
মোইরাং রারী লীবিরো
হম্মা চম্মা হাঙ্গজবা
হয়েং কয়া ছৌথরে
ঙসিদি অমুক য়াররোই

ফজবা চংনিং সঙ্গাইনি
তাংলৌ লৈনা থেঙখরে
কবো কোম্নুং তুমখরে।
শঙত্রিক চংনিং শকহেনবী
থোংনা মেঙনা হাঙ্গরকই
রাহৈ খোনফম নিঙথিবী
চংনিং থম্মোই হুম্রবী
খম্বা মপাউ তম্বীরো,
হাঙ্গৈজে মতিক চাউথোকপা
তানজা কয়া নাম্বোকখরে
তয়েং হাঙ্গনবা লৈররোই

হুংশি য়ারী লীবিরো—
ঙরাংতগী মরূপনি
থম্মোই অরোনবা তাকফদে
অসি য়াখল তৌদূনা,
থম্মোইদা লোৎকে নিঙবরা ?
ঐখোঈ অনি লো'খোনবা
ঙানা ঙারূক থনখিবা—
খুমন নোংয়াঈ খম্বগা
মথক্তা অমা শাত্তবী
কেগেদ মনিঙ তৌজবী
মতৌ করম খঙনবা
লাঙতক্লবা লোঈননা
নোংমা তমগে তাকপিবা
খৌরাঙজবা কোকপিরো।”
মতাগী য়াহৈ তাবদা
নোংজু থাগী মতমদা
হন্না হন্না চামখ্রবী ;
তিংখং লক্তা শাৎচবী
তরক তরকপী লৈরাংগুম,
পাম্মু কাঈনা মৈচাকনা
অঙৌবা নোংগী মরক্তা
কংলবা চীম্বান অনিদা
মিংস্নাদা ঈরা লোঈননা
“লাইবক চাউবী থোইবীগী
অরাবা য়ারী তারগা

অয়া' শরূক থ্'বীরো।
পুক্লিঙ্ খঙ্নত্রিবীনি
হুংশি য়ারী কো ফদে
থম্মোই হুংগী অরোনবা
লৌশী পাত্তা কুমদূনা
য়ারী শানা ফাখিবা
কেগে মোইরাং অকনবা
মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই
মথাদা অমা পোমদবী
চংনিং ইতা থোইবীগা
হুংশিবা মরূ হুনখিবা—
খদাঙ চোকনা হংজবা -
ঙসিদি নোংমদূ ওইবিরো

লাঙতক্লবা উবদা
ফুঈনা হৌবা নোংহৌনা
কল্লক মিংয়েং কিবনা
মীরমলেন্দগী তামখ্রবী
হুংশি শেৎনা য়াখলনা
তাইরবী মাঈথোঙ থম্বান্দা
নোঙথাঙ হাইফেং কুপ্পগুম
সনানা মোমোন নোক্লকই;
তপনা নৌনা হাঈরকইঃ-
য়াথোক চাউবী নতাগী
ইতানবু পেল্লবা

মিংকুপ খুদিঙ শাগনি
থম্মোইমুংগী রাম্মৈসে
নত্তানা শাঙবা য়ারমলে ;
কনাদম্ভু তমথোক্কে
অরান্বা কোকথোং য়াংলনি
শঙত্রিক চংনিং শকহেনবী।
ইথম্ভা পোকই খঙবিরি ;
লুনা চান্না তৌবদি
তাইবঙ খুদিঙ তৌনরি
ঈপা ঈপল অনিগী
মচা লৈজদা মরমনা
অসিনা মরম ওইদুনা
নিঙবা অমত্তং য়াংপদা
কয়াগী মতিক য়াজবা
নত্তানা করি তমগনি।
ফনেক্তি খোঙ্গদোম শেৎপা কাল
ইত্তাশিং মগাম লোঙ্গননা
লেমলৈ অমত্তং ফাবদা
নোকপতনা ঈথৌ ওই
অরাবা মশক খঙনমদে
অত্তম ফনা ওইনমক
কয়াগী মতিক মুঙাইবা
অম্মুমনা লেমলৈ ফারিবৈ
নূরা অমম্মু খঙদবী
কুচু কুমেন অপানবী

পুঙজা খুদিং লীগনি।
মতম কুইনা ওমলকলে
তাবিনবা য়াংপনা
ঙসিদি ময়েং তারনি
তাবিয়ু ইত্তা মু শিবী।
পম্মৌ ঈপল অনিনা
অমত্তা ঙাঈবী মচাবু
ইতানা হেন্না খঙবিরি
ননিঙ তৌজবী নহাকনি
পোক্কবী ঈমা মথৈম্মু
ঐবুত্তা লুনা য়োকইদো
ঈনিঙ তৌবা পামজৈদো
মীনাই মীশল মখৈনা
চেননা চোংনা নোমজবা
ঐনা মথোক কাবা কাল
নোংমগী কোয়ৌ মমিত্তা
লোক্তাক্তা ঈন চিংলম্মী
হরাউবা পান্দম লৈরমদে।
হরাউবনা ঈশিন ওই
য়াথন থনবা হৈরমদে ;
মুংশি য়াথন থনবদা
নত্তানা করি তমগনি?
হরাউবা ঈরোঈনরিবৈ
তাম্না লোং খোঙ্গম্মী ;
শক্লা লৈরাং ঙমজবী

অতুমনদি ওইরগা
লৈত লাঈরা ৱাখল্লা
অমোংপা য়িন লৈভেংবী
ময়াম্না ৰা ৰা নিনবদো
উনা উনা য়েংদেদো
নিংথৌ মচাগী ৱাখল্লা
য়েংদনা লৈবা ঙমখিবা
ঐনা তামলপ য়েংখিবা
মাঈথোং লোংপী নুজাদো
মতৌ ঙেংনা লৈরম্মী
কুইনা খা বা ঙমদরে
নুরাবু কৌবা ৱাইঙমত্রে
খংনিংবনা লাংতকনা

উংনা মৈরা কুম্মগুম
মাঈথোং মকারামত্রবী
মথৌদা পুকনিঙ চঙলম্মী
তানা তানা তাদেদো
মঙক ফাওবা লৈদেদো ;
থৌওই উশিত্তা মতৌদা
নতানা শাউবা পঙ্ছংলে ।
য়েংলোই খল্লা ঙমখিদে
মিংফম হোদনা য়েংলম্মী
ৱাইহাক তুমিন খাঙলম্মী—
মানা ঐবু চিংলকলে
শাউনিংবনা মাংওইনা
নুরা নাক্তা চংশিল্লে

মশক মমিং হংলুরে ।

মাগী মপাউ তাবদা
কিন্না খংনা হনবগুম
মিংতম্নু পি নাম্থখ্রে।
পুকচেন তপ্লী নুরাদো
পজেঙ ফীরান থেংলম্বা
পুরেনবা মচা ওইরমলে।
অকনবা মনা শক্তুনা
পুরেনংদা থাজখি ;
খুমন তালোঈ চলহনখি।
ৱাংখরৈমা মমোমনি
খম্নু মৌপুরা অমা লৈ

মাঙদা লিন উরগা
ঙক্না খংনা হন্দোকলে
তাবিয়ু ইতা নিংথিবী।
মোইরাংদা ঙাম্না পাল্লম্বা
নিংথৌনা মপান তাংজবা
নিংথৌ পুক্কিঙ পেনবনা
ৱাংখরৈমা তালোঈবু
অঙঙ অউন লোঈননা
মাংদা উরিবা নুরাদো
মমিনা খম্নু কৌরম্মী
খম্বা হাঈরগা খঙনৈদো,

খন্ন ৺ম্বা অনিদো
নি:থৌ ম্নবা মপানি
লাঙ্গরা চৈ-না ৺া লরে।
খোমলা কাউবা ৎমখ্রিচৈ
অঙাং অনিতা লৈহৌই ;
মাখোইগী রাবা ম্ৎভৌদা
ভাবগী পেনবা লৈতরে
মুংশিবা অস্থম হেল্লকলে
হৌজিককুদা খ নবা
ঈত্তা হা না কৌজরে ;
নৌরিখ নতাগী থম্মোইদা

অংস্বগী মচানি
অপাকপা অ.া অনিদি
খংনা মীয়োন তাখ্রিচৈং
পলেম পম্বৌ শেংনখি
মতাং অসি য়ৌবদা
মিংলুদা পি নাম্থখি
শাটুনিংলম্বা কোকখরে
ঈকাই খঙদবী ম্ৎতৌনি
পেন্দবনা হেল্লকলে
মিংগী অদূ কৌবদা
কয়াগী মতিক শুঙাইবা

করি হাঙ্গনা কোওগনি ?

অ াবা রারী লীহন্নে –
ইতানা মখা শম্নকই -
খোম্লাংনা য়োকপা নারানি
পলেম পম্বৌ শক্তনা
খোইনা করি হাঙ্গগনি।
অ াবা পম্বে নখ্রিবী
অদূ ন.থৌ য়োকখিবা
অয়ুক মুমিদা অনিদা
মাদুম্বু করম ফংখিবা ! ·
ঈকাই ঊকি লান্দুনা
নীখিরকপনা ৎরনি
অনমদনা খম্বা পো
মিংন্নাদনা ঈম্বা চেন

ফু.গা ৺ারী থতৌগুম
ঙা ফানি কাউখরে
মমা লৈত্রবা অঙাংনি
লাঙ্গরবী মচে খম্ন.বা
কয়া রামা য়োকলকপা
অ াংপা মণক খঙদবী
নূরা অপিশক অদূনা
শূফম চংফম খঙদনা
চরা নামনা লেনখিবা
খোঙজীন কয়া লেপখিবা
মখুৎ তিংথোক নিঙবা
চৈবীখিবনা কোঙ্গাঈনি।
মখুত্তুনা থুম্মুক পাঈ -
খুদাং শিঙ্কম তৈনুনা

কে:গ য়াংবী মথক্রা
" মোইরা, থাংজাঙ কোরা লাই
কর্মিনা চরা ভমগবা
কনাদা খোমলাং ইনগবা !
মোইরাং য়ুমলক ভমথরে
ঙসিস্থু থোংজিন লেপলুরে
নচাগুম্বা অঙাংনি
চুম্বা কপচবা ঙমদরে
ঈন্দোয়া খোম্লাং ইল্লিবৈ
কোঁ শুবা মোইরগা
নচাগী চরা ঙইরগে,
লেম্বা মহৈ ফংগনি।"
ভাক্সিমথৈ মুংশিরে
ভোঈনা ইতা কোজরে
মাস্থু নোকমি ভৌজরে।
লুনা চান্না ভৌবনা
ঐবু নোন্না খুরুমলে
নতা ঐগী পুক্লিঙদা
অস্থন্না থারা শারিবৈ
মিংনা কুপ্পা মমু দা
অয়ুক অঙনবা কোরোগুম
নোকমি নোকমি ভৌদুনা
ঈয়াঈদা হি হোল্লকলে।
ঐনস্থু মাবু উরুরে
মিংকম হোংবা লৈতরে,
থম্বোই মমুং চঙখরে—
ভবিং ভবিং চংখিবা ॥
ঙসি কোরৌ মুমিত্রা
অঙাং পীশক অমিনা
নুজা পিশক্কো চংদুরে
মুমিং খুদিঙ মতৌগুম
হা-দা ঈন্দোন তাবিয়ু -
মা না মপুক তংখরে
খোম্লাং খিত্তা ইনবীয়ু।
নচানা কোস্থু অঙজগে
চেঙকুপ শজাক খপচগে
নচাগুম্বা ঐখাঈনি
অস্থুম খোকউ ভুম্বনা
মাবু ঐগী ওইনিংজে
নতা খোংবী পেঙ্গরে
নিংথৌ মচাস্থুপীনা
মানা হেম্মা হুয়াউরে
ঙম্বামথৈ ভৌদুনা
মভেং পাংগে খঙ্গরে।
থম্বোইদা থম্বোই ভিল্লিবৈ
কদোমদগীনো খঙগৌদা
নিঙথিজবা মাঈথোনা
পাখং অমা উরকলে
মানস্থু ঐবু উখরে
উনা উনা য়েংনরে
মাগী থৌরবা মিংথৌদো
অশোনরা য়ুম্বা থরুঈসে

মানা লাঈনা চুখরে
মুৎথৎচবা ঙমদরে।
রাই চিনবগুম খোকখরে
ঈকাইবা মথল পোকখরে
ঊজনা লৈবম্ভূ লৈংমদ্রে।
"মজা 'বেম্মনা ঈন চিংলি
কেগে থুংনা পাউজেনবা
নি খোঁগী দণ্ডি কিদরা
রাশ শাজে চাগেরা
ইতাশিংনা লাউজবা
ঐখোঈ তম্না চঙলকই
শংবানবা ঈপাক্তা
অস্তুম অস্তুম নক্লকই
পুক্লুংদা মখি তাখয়ে
চুমাং তোঈনা শৌরকলে
হাঈফম তৌফম খঙদরে
চুম্না য়েংজবা ঙমদরে
ইতাশিংনা লাউরকই
নিপা চঙফদ মফম্নি—
তাশিন্নদ মতৌরা
কৈগুম শংদা লৈগেরা
তরেংনি নাই ঙমগেরা?"
তাশিন্নদ শাদূনা
নৌ তোঈনা খংলকই
তেনজৈগুম থুনা হোঙ্গকই
নিঙোল ঈনাক য়োরকই
ম্মিৎফম হোংদনা য়েংলকই।

খন্নু কৌবী নূরানা
মমিৎ লৈনা য়েংলকই
খন্বা কৌবা মৌপুনা
মচে মাঙদা লেপলবা
"মুম শঙঙ্ থনম্বা
করিগী অসি য়োরকপা
সনা মাঙদা চঙলকপা
তাশিন্নদ লেপ্লবা
মচেগী মখোল তাবদা
অঙাং নত্না মতৌগুম
তপ্পা ঈয়াঈ য়োংদরে;
ময়াম লাউবা তাদূনা
লাঈরা শংদা লৈহৌবা
খংহৌদনা লাক্তুনা
তাফং তফি লাউরকই
চশ্খোকফদে [illegible]
নিংথৌ মচা ইবেম্মা
মত্তামথৈনা লাউরিবা
ঐ লাক্লগা খংগনি!"
অকি অংং লোইনন
হিনাউ নমাঈ থৈথয়ে
অকি অংং খঙদবা

মাচুংদবা পাখংদো
ঐগোন্দা নোকমি তৌরম্মা ;
শোর শাংনা হোলচৌই
উনা উনা লাপথরে
মংক্ক লৈনা য়েংলম্মী
ঐস্থু মুম্না য়েংহৌই
মুডাইবা মখল পোকহৌই
উনিভবা চেংলৌ উদরে
থম্মোই থাজ লোংখরে।

লাঙ্গবী থম্ন কৌবীনা
থোংনা মেঙবী মখোলনা
অয়োন অরান চাকপীয়ু
থৌগনম্রিবা ননাইনি
নত্তাগী মাঙ্গী য়েংবীয়ু।"
মরানগী মশক লৌদূনা
ঈনম্মা মিংগৌ হোংজরে,
কয়াগী মতিক পেনখবা
করি হাঙ্গনা তমগনি ?
চাক চানবা লেপ্পরে
থম্ন কৌবী নূরাদো
মতুং নোংমা কোনবদা
ঐগী হৈনিঙবা লোংজরে
নিঙথিবা লূক শেমহল্লে
শেৎন হন্নবা লোঙ্গনা
থুমন য়ুমদা থিলহল্লে
ঈকাই থঙদবী হৈশাস্থু
নোংমগী কোরৌ হুমত্তা
তোঙ্গনা থম্বা উম্নরে
লৈপুন ওইবা চেংমত্রে।
থম্বা মরান কোক্রবা
হাঙ্গজা চৎচা তৌরকই
মকম থঙদবা অঙাংনি
ননাইগী দোষ লৌবিন্থু
ঈকাইদবী ঐহাকনি
হৌজিক্তা ইতা কৌরম্বা
মিংগৌ অসি কৌবদা
কয়াগী মতিক মুংাইবা
ঙা-ফাবা লোইশিল্লে
ঈনম্মা বার্ত্তোন তৌজরে
ঙরা ময়ুম য়োঁথরে।
হরাউনা চাক-চানরে
সিগা দূগা শীনজরে
স্বগা চেং তমথরে
লৈজাগা শংদোল হাপতুনা
থম্ন ঙকপা থেংখরে।
লৈকাই কোঙ্গবা শাদূনা
থুমন য়ুম খঙলুরে
অনগা অমগা পুন্নরে
কেগে কুমজা মুঙাইবা

মোইরাং থাংজীও হুরাউবা
মৃকনা কাওজৈ মতমদা
পজেং ফীরান থেংনম্বা
অংগোম নোংবান কোওয়াম্বা
অমত্তুম্ব য়ানওমগ্রে।
পুরেনবা মচা থম্বনা
কনানা থিংবা ওমদরে
পারি পুরী থিরকলে
ওাংথরৈনা মিং তাবদা
মনা মথুম চাউথরে
অকনবা পাম্বোম পাজলনা
অগাংপ মশক খওদরে;
মুভাইবা শরুক থুংগ্রবী
কেগেদা থংগা শোম্নরে
লাইবক থিবী থোইবাম্ব
অরানবা পি লোম্বনা
ঈপাগী পাম্বোম ওইবনা
মাগা ঐগা তোংনরে
ঐগী হুভাইবা লোইজরে
আশা কয়া তৌজরে।
শম্বনা মমাঙ্গ চুমলকপা
পাকলম্বা মমাঙ্গ থুংরে
থুমনজবু চীও রে
অদু পুন্নমক মথক্তা
ঐনদি মশক য়েংনিংদে
মকৌ অজিলা উবদা

কনবদা মপা দৈতবা
কময়েন মাংজোং ংয়াঈদা
কেগেদা মাঙ্গ পাকলশা।
কুমশি কুমদি মাঙ্গথরে
লৈপাক নিংথৌনা খওদবা
অনত্তা থাক্তা থোইথরে
নিংথৌনা মিংয়েং তাবরে
থোংলেন চাউবনা তাকংরে
অমুক্তা চেন্না মুংশিরে
পম্বোগী পাম্বোম হাঙ্গিরে
লম্বাবুম্ব ওনজরে
থমু কৌবী লাইরবী
মাঙ্গথোং মকারামজরে।
থুমন মপুগ শক্রমে
হুরাউবা লৈতরে পাক্কম
থজাওদা মঙ্গল নিজরে।
নিতি লাংপ কবনা
পূজা থুদিও উন্নরে
মংদা মংলেন মংজরে
হুন্দক থুমন্না ফংওরকপা
অংগোম নোংপান কোওয়াম্বা
থদাও চীকনা ওথরে
তানজা য়েংনা লৈ রে।
নেংজোম্না ইবু পামজেদো
থুমনজবু নিংজেদো
লোবান মংগোঙ্গ থিংথরে

অচাকপা মৈরী ভুমদূনা
মরন চাইবা হৌবকলে
মতৌ করম তৌরগা
অসিনা লাইনিং ওইখরে

× × × ×
ফাগেং শেংনা লৈগাঈ
নিংথৌ মচৌন মনাইদা
লাই তোবা শা-শরে -
ঈকোপ কৌবা পাংয়াঙ্গদা
লাইনা থাবা কাওবনি
অনি চনা ফাফদে
কাওবা মতু তেকফদে।
নিঙাইদবা উত্তুনা
নিংথৌ মকম তাগনি
মথক মপা ওনগনি।
ঐচোন্দা কাওবা তাকপনি
অঙম অথৌ মশিননি
লাংফাও অসি তাবদা
সনা মাংথোং লা শিল্লে
লৈবাক প্রজা কৌরকলে
নোংবান লাইফাও তাবদা
"কনানা কাও ফাগনি
কেংগে অকনবা চোথোকউ
পাজে, ফারান থেংকনি
মানাই মীশল তমগনি

ঘী হৈবগুম থোকখরে।
কোঙ্গনা শরৌ থিরকলে
থম্বা লৈথা তাগথা
সুজা থম্মোই মিপাইরে।

নোংবান মাইবী চঙখরে
হুমিং হরগী মহুংদা
থাজীঙ য়াথং চাউথোক্লে,
"থূমন লবাক মহুংদা
কাংবা তমা লৈরবনি
চনা শরেল চল্লুদো
মশাদা থুংলাই থাকদ্দ
লাইফাও অসি থোশাদা
করি তৌরোই লৈথোকপা
লৈপাক তুম্না মাঙগনি
'সিনা থাজীঙ য়াথংনি
কাওরেন কাবা ফাদবা
নিংথৌ সনা পুকনিংনি।"
নিংথৌ মচৌন মনাগী
পুঙজাও তম্না থীল্লক্লে
অঙম অথৌ তিল্লরে
কনাস্তু মচৌন কাউনজে।
মনা মথুম চাউগনি
ফম মথোন কাগনি
দোলাই ফৈনা তোগনি
অকনবা মচা থোরকউ

সনা পুক্কিঙ থু:হল্লু ;
ষণগী মতু তেকফ:দ
সিনা থা জীঙ য়াথ:নি।"
নো:বান তাংনি খঙনখি
অশি .থা:জন লেপউবা
মোইরাং মচ:ন কা:নদ্রে।
সনা মাঙদা থোকতুনা
মখুং তরা লোন্দুনা
লৈবাক মাঙদা হঙ্গৎলে
ননাইবু লোইবা লাইনিংথৌ
ননাইগী দোষ লৌবিয়ু
লৈবাক প্রজাসু তাবিয়ু -
মরু লৈ-দা লুকলিসে
থুমন ঈ-দা পোকপনি ;
নৌনা মাঈ পাকচবা
সনা থৌগল ঙাইজরি।
অকল অ:থৌ মশেন্নি
ননাইগী নাক্তা লাক্লম্মী
পুথম অহুম পুদুনা
নিংথৌ সনা মাঙসিদা
মরু লুকনা ফমজরি
ঙসাঈ মথৈ ননাইনা
নিংথৌ সনা নাকোঙদা
তোঈনা ইঙ্গিৎ পীরকই
নোন কৃপা ফ:বদা
অয়োন অন্নান ঙাকপিয়ু

থৃত্তা খুংলাই পাইফদে
চঙনা শরেন চনগনি
অহুম অথৌ খরদি
খংনদবা কাঙবুনা
মইহ মইহ কিনরে
মলোম চাউবা নো:বাননা
খুকউ লৈদা কুন্দুনা
ওইদবা পরেং শেমদুনা
"এবু লোইবা লৈমাবা
অয়োন অন্নান ঙাকপিয়ু
সনাবুদ্ধি ওইবিয়ু
ঐগী ঈতাউ খম্বসে
অকনবা পুরেনবা মচানি
সনা থৌগল ফংজবা
অনৌবা মমিং পামজরি
খম্বা নো:বান মরুপ্প
থৌগল্লোন কাঈবা কিবনা
কাও ফাজগে হাঈরম্মী
ননাইদা হাচংচরম্মী ;
থৌগল্লোনবু কিবনা
সনা য়াথং ঙাইজরি।
এবু তোঈনা য়েংলম্মী
ননাইগী পুক্কিঙ ফোঙনবা
ননাইনা থাম্বা য়াদরে
অকিবা মশক খঙদরে
ননাইগী পুক্কিঙ থু:হলমু।"

খুমন খম্বা অথোৱা
তুমিন ফম্বা ঙমলক্তে
অশাউবা মৈরি লোইনবা
নোংবান য়েংবা ঙমখিদে
নি থোনা খম্বা যেংলকই
খম্বা তম্না চোংথোকই
" ননাই নোংবান্না হঙ্গৎপা
কাও ফাজগে বাচৎপা
থোগম্মান কাঙ্গবা কিবনা
কাওদেন ফাবা ফংজগে

× × ×

লৈবাক শীম্না চৎখবে
পাউ অসিনা নিনখরে
মচে খম্নু রাজবে
এনা কয়া থেমজবে
শকনবা পূকচেল হোংখদ্রে
মমনদা মোইরা তিনখবে
কোঙ্গনা শগাই শানবে
অঙকপগী মতৌনি
শামুনক কল্লবা যণজাউনি
মনাতোন ফী ফী কামলকলে,
খম্বা তম্না পাইশিল্লে
চরৈ কৌনা তাখৎলে
কাও তম্না চোংশিল্লে—
নোংশা শঙাই মতৌনি
খম্বনা মচী পাঙ্গখরে

নোংবান শর্মৌ খঙবদা
অশাবা ঈ চেল্লকলে
খম্বগী মিৎয়েং অথৌবা
মাঙদা চুম্না লেপখিদে।
সনা মাঙ্গথোং লৈরকই
খুৎ লোম্না হক্ষৎলি -
পূখম অহুম পুদূনা
অচুম্বমকনি ঈনিংথৌ!
ননাইনা তুমিন খাঙবনি
চরণনা কৃপা তৌবীনি।'

× × × ×

কেগে রা—রা লাউনরে
লাঙ্গরা খাৎপোক য়ৌখরে
অবাবা শোর হোঙ্করে।
মচেবু কয়া হাঙ্গহল্লে
কাও ফাবদা লেপখরে।
খূমন মখৈ চোংথোকলে
লেবাক কূম্মৈ ওইনরে।
মীমুক শিংলবা কাওবনি
মীনম তাবদা শাউরকলে
তোঙ্গনা খুমাঙ হোংলকলে
নোংয়াঙ্গস্থ কাওবু ঙাইদরে
মথুক্তা থৌরী পাঙ্গখরে
মশাগী খুদোং য়েংখরে।
কাওনা চীঙদূনা লৈরিভৈ
মীগা যণগা ঈম্নরে

ভাবোক কূম্মে মুঙাইরে
ঙাইহাক পুঙ্গোঈ ঈম্নরে
খম্বগী মতিঙ খণ্ডখরে
মম্মিং মনা উইথরে
তৌরিমথৈ য়ারকলে।
খম্বনা লাঈনা চিংলকলে
অন্না কোঙ্গাঈ কোম্নরে
খম্বনা কাওরেন ফা-বনি
ঐস্নু মুঙাইবা লোমজখি।
তাঙবন্দগী কূমদূনা
লুনা চান্না তৌবীরে
লৈবাকনা জয় লাউথরে।
থাংজীঙগী অশাউবা মৈরীনা
নিংথৌমক্না ঙমজ্রবা
ঐ লৈরি থোক্তুবা
থন্নাঈ হকচাং পীথোকপা
তয়ুম নঙনা থম্লিবা
মোইরাংনা করম কাউর্গনি
ঙসিদগী হৌদূনা
মন্ত্রী নোংথোন নত্তনা
খুমন নখা পোনবনি:
নপাগী খুবম ফংজরো
পজেঙ ফীরান থেংচরো
মাদুগা লোঈন হৌনবা
অমত্তা খাক্তা ফংজরো;
মোইরাং থন্নাঈ কনবীবা

মাঙ্গৈকে শীন্না নিম্নরে।
কাওবা পাঙ্গল হন্নকলে
কান্নররোই মতাগুম
য়মদা য়োকপা শা-গুমলে
মণ্ডক্তা থৌরী হূকচিল্লে
নিংথৌ খুয়াদা কৎলরে
নতা ঐতগী লাঈনিঙনা
অসি রাখল তৌবদা
ঈপল মোইরাং নিংথৌনা
অকনবা মনাই কোনবীরে
অন্নাবা শন্নক কোকখরে
"চিরবা মতম অসিদা
লৈবাক তুম্বা তার'দা
অকনবা কনা উদ্রবা
লৈবাক ন্নাবা উদূনা
লাঈনা কাও ফাদূনা
শিংঙমদ্রবা লম্মনসে
করিনা লম্মন খুমগনি।
নঙনা অকনবা মকোকনি
অকল অথৌ পূমনমক
ঙসিদগী হৌদূনা
দোলাই ফৈনা তোংজরো
মীনাই মীশন থমজরো
মনা মথুম পুম্ননমক
অসিনস্নু পোন্দরে
মোইরাংগী থন্নাঈ ফংজরো

ইমোম লাংলেম থোইবীসে
লৈবাক খণ্ডবা খণ্ডহৌরো
ঈপল মোইরাং নিংথৌনা
ঐবু পোকপা পম্বৌস্থ
লৈবাক প্রজা হরাউরে
অসিগুম্বা মিংকুপ্তা
কয়াগী মতিক মুঙাইবা
কল্লক চাউবা নোংবানদি
শিসন নিঙবা খম্বনা
মোইরাং থোইবী ফংখিবা
মশানা শীঙ্গবা চারনা
অরুবা শরৌ থিখরে
যুবরাজ কন্না খনখরে
ঈপাগী পুক্লিঙ খণ্ডদুনা
নোংমত্ত কাংদ তক্লরে
পম্বৌ পুক্লিঙ হোংলক্লে
অফবা লৌশিং মাঙখরে
নোংমগী কোরৌ মুমিত্তা
থাজবা মরূপ শাদুনা
খুমনদা মী থাখরে
সনা কোন্নু তমলক্লে
কদোমদগীনো খণ্ডদনা
হনবা হৈতবা খুমননি
য়েকনবা শমজি থাঈখরে
কোন্নুং তম্মা চঙলক্লে
হন্না হন্না য়ৈনরে

ঙসি খুমনদা থাজরে
মোইরাং তাদবা তাহৌরো।'
ঈপাগী ইঙ্গিৎ য়েংলকপা
হরাউ হরাউ য়াবিরে;
খম্বা থোইবী হাঈনরে;
নতা লাইবক থিবীনা
করি হাঈনা তমগনি ॥
খদাঙ চীকনা চৎখরে
মনা মথুম লোঈননা
কেগেদা মাঈ পাকখিবা
নোংবান্না মাঈ খুখিবা
খম্বতবু খনখরে!
লমহুইগুম তাঙ্গা য়েংলক্লে
খুদোং ফংলে উদুনা
কদাঈনো হাঈবা খল্লক্লে
নোংবান শরৌদা লুপখরে
করি তৌসিগে হৎলক্লে।
অহিং তাংলৌ থেঙবদা
সনা য়াথংনি হাঈদুনা
মুমদগী খম্বা কৌথোক্লে
অমম্বা অহিং অদূদা
য়েরুবনা কোঈররে
মথক্ত ময়াম পারক্লে
মাঈকৈ শীন্না চেনখরে
অমূকস্থ য়েরুবা থেংনরে
হন্দক্তি ময়াম্মা লাকচরে

লৈপাকনা শাবা হকচাংনি
পাঙ্গল মচেৎ পকলিডৈ
নুংশি হৈতবা কাওবুনা
কৈথেন তান্না পুরকলে
শামু য়াইশা অঙাওবা
মাহুৎ য়াওনা লৈরম্বা
লাঙ্গোঙ্গ থোঙদা পুনশিল্লে।
কৈথেন চেগাঙ্গ মথক্তা
উপন তাবে উপন চি
ঙ্গঙাৎ পাকতরুথরে

× × × ×

অসুম তৌরিডৈ চৈরক্তা
মওনিস্থ করম হাঙ্গগনি
নতা ঐবু হৌদোকলৈ
নতানা মিৎ পাওলকপা
চিংনগল্লবী থম্মোইসে
মওনি লৈথোকপা ঙমদরে
অফিং অফাই লোঙ্গননা
সেন্থনা হৌগৎপা নংদ্রিডৈ
নিঙোম্না লুনা থমজবা
কৈথেন পাংনা চেঞ্জরে
নোংপোক চীঙশাং মতোন্দা
য়াহৌ ঙনবা চেকলানা
অকি অথং কাউথরে
ঐনা লাউবা তাবদা
চপ থাননা ঙল্লে

কয়া কুইনা খাঙগনি
য়েক্লা মাঙ্গয়োক য়ারম্মী।
মথোঙ মখুৎ পুন্দুনা
পম্থৌগী য়াথং মতুংইন
হাম্ননা থোরাঙ তৌদুনা
জ্ঞান মাঙবা হকচাংদো
যাম্নবা নোংবান শরৌনা
অকনবা মশা চিংলকলে
লোংনা তারে লোংনা চিং
ইম্ পাংক্ষেন্নথরে।

× × × ×

নতা ঐগী মঙলান্দা
পাম্থোইবী কৌগী লাইরেম্বী
শরৌ অসি তাকপিরৈ।
পাম্থোইবী মাঙদা লৈরমদে
থাজবা চামা পোকখরে
শাংবা ঙমদনা চাকশিল্লে
সেন্থ সেন্থ কোরম্মী
খাঙজেৎ মচি লান্দুনা
লাকন থাঙ শণ্ডুনা
সেন্থনা তুংদা ইল্লকলে
চাংখৈনা চাঙ্‌বা তৌরকলে
মঙমদা য়াকাঙ্গনরক্লে
মাঙদা ঐক্লবা উরকলে।
হুংশি হৈতবা কাওবুদে।
মাঙদা ঐনা চেল্লকপা

পান্থোইবীনি নিঙথবে
নোংবান মশক উবকলে
পুক্নিংদা থাজীঙ কোঞ্জরে
ঈকাই খঙদব নোংবাননি
নুজা মাঙদা লেপঙমদে
অঙকপনি ইতা ও !
শোল্লবী নতাগী হকচাংদা
ঙসি ফাওবা ঙকচরি
পন্দনা মনাক নকশিল্লে
থৌরাম্মথে ককথংলে
পিগী মতুম শিন্থখি।
অয়ো ফাওবা লাউদনা
শিসূ চঙইসূ খঙদবা--
অশাউবনা হেল্লকলে
মিওগী পি কংদরে ;
মচে খম্ম্ তাকল্লুরে।
মোইরাং শরা শনখরে
অঙম অথৌ শুরকলে
থোইবীনা খম্বা পমজবে
ঈকাই ঈকি লৌখদ্রে।
কবুই শলা কৌরুরে
আশা থাউমৈ ফাওরকলে
শবৌ লংজীন পুথোকলে
য়াম্নবা অঙোম নোংবানগা
নিংথৌ বায়েল হুকথরে।
অনা লাঈকম্নজবা

মাঙৈকৈ খঙদ চেম্নখ্রে।
থম্মোইদা মৈহুম চুখরে
থুত্তগী থাঙ লংখরে
লমজেন য়াঙবা অঙোমনি
থুনা য়াঙনা চেনখরে।
নুমিৎ অদূদা করম্না
অকনবা শক্তি চঙখিবা
অঙাওবা শামু কিদরে
পাম্মু হকচাংদা পুল্লম্না
মতৌ অদূ উবদা
অদূক কনবা শাবাননা
উতুপ তাগুম লৈখিবা
নুজা থরাঈনা থাঙচমদে
লাকচথিবা মতৌদা
সেন্নু তন্না চৎখরে
মিংনা কুপ্পা মতমদা
লৈবাক মীয়াম তিল্লরে
কেংগে মোইরাং মমাঙদা
পাম্মুবা সেবা ফংজরে
খুমন য়ুমদা পুথরে
নিঙথনা লায়েংঙ্গরে
নিংথৌ মন্ত্রী চাঙবনা
ঐবু পোকপা পম্থোগা
কৈশুম শঙদা লৈখরে
খুমন য়ুমদা কুমদুনা
পাম্মু সেন্না তৌজবা

থিংবীনবা লৈতরে
নতাগী নিংবা থু জরে।
কুইনা মুঙাইবা তমদেদে।
কৈশুম শংদগী থোরক্লে
কৈ উবগুম কিখরে।
মুংশি লম্বী থৎলরে
পাম্মু সেবা ফংহন্দ্রে
মুমিং খরা হৌথবে
হাঙ্গৈরিমখৈ তাজদ্রে
ঈপানি থোইনা কিরুদ্রে
নিঙোল রাশক কাঙ্গৈররোই
থরাঙ্গৈ অসি লোঙ্গৈননা
মাতগী সেবা তৌগনি
মচাগী পাউথুম তাবদা
নাইজহনবা কৌরকলে
পাম্মু কা-দগী শেৎতূনা
ঈরীক ঈকোন থৎহৌরে
নাইজহনবা লোঙ্গৈননা
ঐনা লম হেনবনা
নিঙোল পুক্সিঙ রাজদে
শেন্বী পুঙদা থাঙজবা--
পাম্মু নাক্তা য়োগনি
শামু খোঙদা য়েংঙৈগী
পাঙ্গল মপুঙ ফাদ্রিঙৈ
ঐনা সিদা লাকপনি।
ঐবু মুনা নিঙজবা

কনানা করি হাঙ্গৈদরে
মুজা লাইবক চাউইদে।
যুবরাজ নোংবান অনিমক
মাখোঙ্গৈগী মশক উবদা
চিংনরম্বা থোকলরে
পন্থৌনা শৌ শাররে
অসিনসু লোইখিদে
নোংবান্দা লৈয়ু তক্লরে।
চীন্দা মাইতা থুমজরে
শিরবসু হোংলরোই
"লাইবক থিবা হকচাংদি
থূমনদা কখোকচথরে
অতৈ মশক খঙনিঙদে।"
পন্থৌগী শাউবা থেংখরে
লাইবক থিবী নতাবু
শেন্বীদা লৈরু হাঙ্গৈরকলে।
অচম্বা মীনাই মচাগুম
ঈখোঙনা শেন্বীক তম্লক্লে।
ঈপানা রারক কাঙ্গৈবনি
ঈপাগী থৌদা মতুংইন
লোইগী মতম লোইরনি
মুংশি কা-দা থুংগনি
লাঙ্গোঙ্গৈ খোঙদা পুনঙৈগী
মাগী শেগা থাদুনা
মানা কম্বা রাহৌব।
থনবদা রানবা মশকনি

থোইবী লৈতব মোইরাংদা
লাইজ মরীক য়াওদনা
কয়া হানা লৈরিবা
ঈতারোম্ন নুংশিবী।
লোইগী মতম শুরগা
থাংজীতনা খংগনি
থাজ মানবী মাঙ্গথোংদো
মতাগী রারী তাবদা
মিৎলুদা ঈরা চেন্দুনা

খম্বনা করম হিংলিবা
লেমলৈ ঙানা হিংবগুম
কনানা পাউদম্বীগনি।
লাইবক থিবী নতানি
অমূক করি থোক্কবা
অসি হাঙ্গবা লোঙ্গননা
তরং লাইজনা চোৎখরে;
শঙদ্রিক চংনিং কৌবীসূ
অরাবা শরূক য়াজখি।

—— – ◦:(।):◦ ——

কবো লোই

# ৩ বা পান্দূপ

চেক্লাগুম চীন্দিন্না পোম্বীগুম চীলওক্লা
অচীকপদা চীক্লা নুংশি রারী শাজবা
কয়াগী মতিক নুঙাইবা।

"লৈরাংলক্লা শীৎলিবা উনারক্লা খাঙ্গৈরিবা
খোঙদোঙ্গৈ তোঙ্গৈবা খোঙয়াম্বা নূরা শাইনোন য়েংগনবা
লৈরাং লৈকা হুমগনবা ঈমাঙ্গৈ লৈরীক চাইগনবা
মীপূম তিংনা পাউদম্বা পাম্মু মপাউ পুবরা
লোয়ুম্বা মপাউ তম্মুবা !!

নিঙোল রাবা কোকচগে নূরা পুক্লিং সঙজগে
অচৌবা মৈগা কূণ্ডদা লাইজ মবীক তাবগুম
পুক্লিং মৈরীদি মুৎলোইদো অদূমকপু মালংবা
লিরি খোংদোঙ্গৈ হুল্লিবা মোইরাং পাউবু তম্বীয়্ম।
নুংশি কোলোঙ্গৈ অথুম্বা পাম্মু লাইশোন ওইদূনা
খাঙঙমদনা খাঙজবা লোইদাম কয়া লেনজবা
থম্মোই রাম্মৈ ওমজবা খাইন মৈচাক খাঙজবা!
লাঙ্গৈরা খাংপোক মনুংদা লৈত-লাঙ্গৈরা মরক্তা
মা-স্থু মৈহুম চুহৌবা কাঙ্গৈনা মৈথু লাংহৌবা
মানা কেগে মোইরাংদা ঐনা কবো শেম্বীদা
অমৃত পুবা মালংবা নুংশি 'মৃত পুবরা
কবো শেম্বী পুঙদগী কেগে খাংপোক য়ৌনবু
নুজা ইপাউ পুবরা ?

চীঙনা মরোল নাইবনা
পাম্মু লমদি উদরে
নোংমা কয়া হৌথরে
যুগ কোঙ্গাঙ্গ লানথরে
নোংমদোন থক্তা চাল্লিবা
অচীকপা য়াওল্লরিবা
ঈপাম লমদম্মু থোকপরা
নঙাম্না তাইবং চীকহনবা
থাইনা মৈরী চূগনবা !
নিঙোল ঐবু থনবরা
লৈমকোন্দা পোকচবী
ঈহাক থক্কী দমক্তা
লুরবা শবোনা য়োমদুনা
লোইবীনা রাংনা থনবনা
নুংশি কা-দি তামথরে
থাজ কয়া লোইথরে
নুংশি চেংলৌদি উদরে
হরাউনা মোকম্মি তৌরিবা
চৌক্কা দেম্বা থাজ ও !
কেগে পুঙদম্মু ঙানবরা ?
লৈরাংদা- মৃত শিন্থবা
পাথংনা রাবা উবরা
নোংয়াঙ্গ মশক উবরা?
নিংথৌ কোন্দা চাউজবী
অরা কোঙ্গাঙ্গ মাঙ্গয়োক্লা
কল্লক লাংদা থুহৌবা
নুংশি মপাউ তম্মূবা !

লোক্তাক্তা থম্বান শাংপরা
নোংলৈ নুংশিং হুমদরা
অরাবা শীঙবুম য়ামশিল্লক
নুরা ইপাউদি তারক্তা
থোইমু কাঙ্গদোং তোংবরা
“ থোঙ্গনৌ ঈতা চান্নবী
কাঙ্গনা মৈথু লাংলবী
রাখল লংজীন পুল্লবী
নুংশা ফুঙ্গনা হোল্লিবী
মিত্তগী পি কংদ্রবী !
নুংশি রাখলনা ওৎপগুম
থম্বান্দা থোইমু ইনবরা
থাজ নপাউ তমউবা !
নুজা ঈশক্তি উরক্তা
চিংনা কোঙ্গাঙ্গ পোকতুনা
অঙৌবা মচীন কাওউবা ।”
নিংথৌ মচা নিঙথিবী
থাইনা মৈচাক্লা রাব্রবী
পুকন্নুং রাম্মে ওমলবী
রাবনা ফুম্বঙনরবী
নুজা নঙগী নতৌগুম
পাম্মুগী রাখল থল্লিইঙে

নুংশি লমদম পাংলিঙৈ পাখং মপাউ ঙাইরক্লে
থোইমু কোলোঙ্গ তারক্লে।"

অসি হাঙ্গৈবা মতাগুম
নোকম্মি তৌবা থাজদো
করি গতি লৈখিদে
সিনা নোংমত্তা নৎখিদে
থবক ঈনথাং খুদিঙদা
মিংস্নাদা ঈরা চেনখিদো।
অন্নাবদি কোকওমদা
সঙ্গাই নুংদা লেঙশিনখি
নুংশি ন্নাথলনা পূকনুংদা
মোইথাপ খূত্তা পাঙ্গদূনা
মতা চংনিং কৌবীনা
থেম্না নৌনা হাঙ্গৈরকই
কন্না মোইথাপ নাইনসি
কনানা হেনবা য়েংনসি
অহিংনা তাংলৌ থেঙখরে
থোঙদোঙ্গৈরম্বা মালংবা
তাইবঙ পূম্বা চীকখরে
থন্নাঙ্গ পানবা খিবীকন
মহৈ মহৈ তূম্নখ্রে
তাউব হূইগী থোঞ্জেন্না
অকি অথং ঙ্লোঙ্গৈনবা
অরাক অথং থো লকলি।
অরোইবা মাঙ্গৈকৈ ঙমখৈদা
অমূক্কা চীকপা হেলহল্লি।

খঙদে উদে মঙ্ঙগুম
নুজা য়েংনা লৈখিদো।
নিঙোল ন্নাবা কোকখিদে
অয়ূক নুমিদাং অনিদা
লাইজনা চোনবা পুথ্রীগুম
মহৌশা ফজবা উরগা
অশাবা শোর হোন্দুনা
মতা নাক্তা শিন্থাখি
লংজীন পূনবী নুজাদো
লংলা লংজান চিংথোকখি
নুজাগী ন্নাবা কোক্লবা
"ইতা ইবেম্মা ঙসিদি
লংদূম মশীঙ তান্নসি
অহেনবনা তূম্নসি।"
থাবন্না ঈচীক হুনখরে
মতমসিদা পোখারে;
উচেক ন্নায়া খোংখক্লে
নাউগুম লৈমনা শুমদূনা
অফ ফত্ত কাউনরে।
অচীকপা কাঙ্গৈরি মরক্তা
মহুমদা লৈবা চেক্লানা
অরাপ্পা চোঙয়া তময়াদা
অপাবা লৈচিন হাইগংলি
অসিগুম্বা মতমদা

অশোমদগীনি খঙদনা
স্নুর অমা তারকলে ;
মুজা পুক্লিঙ হুখরে
খূত্তা ছুম্মক লৈখরে
নূরা নাপ থাঙ্গৎচৈ
চিংন কোঙ্গাঙ্গ পোকচখি
মঙলা হারা নিঙজখি
কদাঈনো অমূক খল্লকই
নূরা শাইনোন হাইদোকচৈ
হুমাং মবীক শৌজখি
মোইথাপ লাঙ্গোম ওইয়েত্তা
থম্মোই ঈথক হৌদূনা,
শোব তপ্পা হোন্দুনা
অশেংবা খঙগে তাঙ্গখি।
অশেংবরা করিনো
কদোমদগী লাকপনো
কনানা কনা কৌবিবা !!
কবো শেম্বী পুঙসিবু
থাদোই কৌবী লৈবরা
ত্রেনা শেম্বীদা লৈবকপা
হুমিং শীঙবুম য়াম্লকলে
নিঙথিবা তাংলৌ হৌখবে

"থাদোই" কৌবা মঙঙগুম
মিংনা কুপ্পা মমুংদা
খূত্তা পাঙ্গবা মোইথাম্মা
মিহুল পীঙ পীঙ চোংদূনা
অশেংবা খঙগে ঙাইজখি।
মঙল মঙল খঙ্গখি
পুকক্লিংনা ওৎপনি থাজখি ;
থাজবনা হেল্লকই
নাপ থাঙ্গৎ ঙাইজখি
ঙাইহাক ঙাই চিঙ্গখি।
মাঙদা তরেঙ থাদূনা
শুন্দা মিংস্না থমহুনা
খোঞ্জেন্দুবু ঙাইজখি
"মঙনা তাইবঙ ফাওবরা
কনানা খোংবা বাঁশীনো
"থাদোই থাদোই" খোংলিবা
অমূকস্থূ থাদোই অমূকস্থূ
মরোল লোনবা লমসিবু
অস্থুম বাঁশী খোংবরা ??
কবো মরক তিল্লকপা
থাবন কয়া ফখরে
অস্থুম্বা বাঁশী তাখিদ্রি

অশেংবদি খঙজদ্রি।"

মিংনা কুপ্পা মতমদা
চিংন কোঙ্গাঙ্গ পোকচখি
তাথক নাইদনা খোংলকলি

হাঙ্গরিবশিংসি খঙ্গখি
থাজবা কয়া হেঙ্গখি
তত্তনা "থাদোই" কৌরক্লি

লেপ্পা হৈত্রে বাঁশীসে মুজা পুক্লিঙ ওৎপীসে

"নত্তে ;

ঈপাম লমগী মখোলনি মোইরাংদা তাবা বাঁশীনি
থূমন নোংয়াঈ খুৎখৎনি থোইবী ঐবু কৌবনি।
বাঁশীনা "থাদোই" কৌর্বাদ থোইবী ঐতবু ওইগনি
পুক্লিঙ খোঈমু লৈপাম্বা লাঈরা খাংপোক থাদূনা
মুজা নাক্তা লাকপরা নিঙোলনা রাবা উববা ??
নঙ্গে শোঈদে থম্বনি থূমনতগী মরোলনি
মীন খঙদ থূদমনি মা ঐতনা খঙবনি
কবোদ থম্বা লেপ্লবোই মুজা খোঙ্গল লীবকপোই।"
রাথল অসি থন্দুনা অশেংবনি লেপ্তুনা
কোকিল ঙমজবী খোঞ্জেন্না মতা য়েংনা হাঈরকই
"ইতা ইবেম্মা তাবরা মখোল অসি বাঁশীবা
তাইখঙ তূমখ্রবা মতমদা ঈচীক ঈহুন তম্লবদা
কনানা খোংবা বাশীনো কৈদগী লাকপা মখোননো ?
চিংনগনবী থম্মোইদা শেবান ভূরান তাববা
ঐনা থূমনত নিঙবনা লাপ শেরান্নবরা
নত্তাগী চিংনবা কোকঙমদ্রে তু 'মুকসূ খোংলকলে
"থাদোই" হাঈনা কৌরকলে ঐবু কন্না চিংলকলে

পুক্লিঙ হকচা তুপ্পরে

শঙদ্রিক চংনিংনা থুম্লকই হেন্না ওক্না হাঈবকই
"কনানা খোংবা বাঁশীনো ইতা ! ঐস্থু খঙজদে
অশেংবা মীনা খোংবনি ; তাবিবা মখোল অসিদি
অরাংলোমদগী লাকপনি লমলোঙ লম্ফাং ময়াদা
খোংলকপা বাঁশী ওইগনি। পুক্লিঙ তুম্লাংপা খোঞ্জেম্মি

নিঙথিবা স্নুরগী খুৎখৎনি
ইতা ইবেম্মা করিনো
মিৎস্না থম্বাক্ল অনিদা
করি ৱাখল থনবিরি ?
কবোদস্থূ বাঁশী লৈ
কবো লোন্দগী তোঙাল্লি
কবো মচাগী নত্তেদো
ইতা করি নিঙবিরি ?”
মতারোঙ্গ মপাউ তারম্বী
মিৎকুপ্পা যুগ শারম্বী
লাওতক্লবা হেনখরে ;
মুৎলম্বা থাউমৈ ঙানখরে
মিংলু ঈরা লোংঙমদ্রে
অহাঙবা থম্মোই মন্দিরদা
থম্বা মমি তাররে
“থাদোই থাদোই” কৌরকলে।
মতারোঙ্গ য়েংনা হাঙ্গরকই
মোইরাং থোইবী ইতারোঙ্গ !
তারিবা মখোল অসিদি
অতৈনা খঙদ খূদং ন
“থাদোই” হাঙ্গনা খোংওনি
ঈপাম মোইরা লমদগী
শেম্বী পূঙদা লাকপনি
থম্বনা খোংবা বাঁশীনি
নিংোল ঈপাম লমদস্থূ
ঙাইহাক পুঙ্গোঙ্গ উন্নবা

হন্না হন্না খোংলকলি -
মাঙ্গথোং লৈদা লূক্কূনা
পিগী মতূম শিন্থবা
ঐস্থূ মুন্না তাজরি
তারিবা মখোল অসিদি
খৎলিনা খুৎখৎ অসিস্থূ
নতানা মুন্না খঙইদো—
মাঙ্গথোং লৈদা লুক্কূনা
নিংদোল চোংনা খাঙলম্বী
মোইরাং থোইবী শকহেনবী
কবো নত্তে তাবদা
হরাউ তুজুং য়ান্নরে
ঈচেল কন্না ফাওরকলে
অকনবা মূর্ত্তি উরকলে
খুৎখৎ তোঙ্গবা হেল্লকলে
অহিকপা খোন্থাঙ লোইননা
“কবো নিংথো মমোমলোই
অশেংবা খঙগে হংবনি
মোইরাং বাঁশী মখোলনি
মা ঐতনা খঙবনি
থোইবী ঐবু কৌবনি।
লাঙ্গর খাংপোক থাদূনা
নিঙোল খোঙ্গুল লীবনি
মানা খৎপা খুৎখৎনি
কল্লক য়েংখী কিবনা
ঈকোং ফোংনা ঙমজদে

নিঙবা কোঙ্গাঈ থুংনদে ;
তাংলৌ লৈনা থেঙবদা
তারিবসিগুম কৌরকই ।
কবো শেন্মী কোম্নুংদা
লোম্না মাহাক লাকপনি
ইতা ইবেম্মা ঐহাক্তি
থুমন মাগী দমক্তা
কেগেদা রাথোক চাউবীনি
নৌনা করি হাঈগনি
ঈপানা লোই থারনি
ঈতারোঈ মুশিবী
নঙগী থৌদা ইনবীনি
ঐবু করম তৌজোগে
নিঙোল ঈশানা নঙগীনি
থোইবী ইনিঙ তৌফদে ।
হন্না হন্না খোংলি'সে
মুজা ইশক উদনা
রারৌ চাউবা খোইমুনি
তাবিয়ু ইতা অমূকম্মু
চিংন কোঙ্গাঈ পোকতূনা
তাংলৌম্মু লৈনা থেঙখরে ;
পাক্তা কুম্মু কুমজগে
ঙসিত্তদি চানবীয়ু
নিঙোল ওইবী মশেম্নি
নহানমথৈ লাক্লমদে
অকনবা শৌ থোশাদা
অরাবস্নি কোরুবা
মানা অস্নুম খোংলকই
শোঈদ্রে ইতা ! মাহাকনি
ফোংনা চঙবা কিবনা
হূরান শাজং চৎপনি ।
পুনশী চূপ্পা মাগীনি
ঈপাগী মীচৈ তাবনি
পূন্নমক শাঙবী ইতানি
মশুংলাংগী দমক্তা
খাইনা মৈচাক ফংবনি ।
ঐদি নখা পোনবীনি
হৌজিকম্মু য়াথং ঙাইজরি
মুজা থরাঈদি মাগীনি
ইতাগী য়াথং নত্তনা
তাবীয়ু ইতা বাঁশীসে
রারে মথৈ লাক্লগা
কেগে পুঙদা হনখিবা
ঐবু করি খনগনি ।
লেপ্প লৈত খোংলকলে
থুংলাম তোঈনা কোরকে
লোইবী কাও কাগে
হাঈরি মথৈ ইঙ্গগে
উপায় অমা শীনবীয়ু
নতাদা লম্মন থম্মীয়ু ।
মবা মপাউ তারমদে
অরা কোঙ্গাঈ খাংদূনা

থরাঙ্গ পাম্মুবা থাদুনা
শোঙ্গরোই খন্না লাকপনি :
নতাগী উপায় তাকপীয়ু
ইতাগী থৌজাল নত্তনা
থোইবীনা থম্বা উন্নবা
থাংজীওনা কুবীবা ওইসন্নু
মুংশি কাদা থুংগনি
মতারোঙ্গ চংনিং কৌবীনা
মিৎলুগী পি লোঙ্গনবা
চীঙ্গোঙ্গ মপাউ মেল্লকই –
করিগী অদুক ব্রাবগে
করিগী অদুক নোনবগে ?"
ঐহাক নঙগী নতা ন
নপা ঈপা মরূপনি
হাঙ্গজা চৎচা ব্রাহৈনা
ঙসি ফাওবদা ঐহাকপু
সোঙ্গদনা নোংয়াঙ্গ উগনি
থম্বা নাক্তা য়োগনি
শেম শাবা লোইরম্মু ।"
থোইবী পুক্লিঙ ফারগা
নোংদোন থক্তী নোংথাঙ্গুম

শেম্বী পুঙদা চঙলকপা
মুংশি মৈচাক খঙলবী
নোৌনা থোনা হাপ্লিয়ু
ঙসি তাংলো অসিদা
ফংগদবা ওইদেদো ।
ইতাগী য়াইফবা পীসন্নু
পাম্মু নাক্তা য়োগনি ।"
সনাগী ব্রাবা উদূনা
মতাগী মাঙ্গথোং য়েংলগা
"নিংথৌ মচা ইবেম্মা !
নতা ঐগী ঈফমদা
নহাক ঐগী ইতানি
শামান লেংমান্নবনি
কনানা কনা হেনগনি ;
থেমনা নোনা হাঙ্গজবা
অতোপ্পনি খল্লিবোই ।
করিগী উপায় লৈতনি
পাম্মু কাদা চৎকনি
ব্রাহৈ মতেক অসিনা
মিৎনা কুপ্পা মতমদা
শঙব্রিক চংনিং উখিদ্রে

মতা নাক্তগী চৎখরে ।

মোইরাং থম্বা হাঙ্গবদো
মশক মওঙ কমদোৌবা
মতিক কয়া চানবা

লাঙ্গরবা কেগে নোংয়াঙ্গদো
থোইবীগা করম চূনবা
শঙব্রিক চংনিং পুক্লিঙদা

খঙনিঙ কোঙ্গাঈ পোকখরে
উনিঙবা ময়াই হেনখরে
মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই
মথক্তা অমা শাংতবী
মখাদা অমা পোমদবী
কেগে লমকেং লমহাইবী
মনিঙ তৌবা পামজবী
ফজবা মপা লৈতবী
নিঙথিবা চাংদম নাইদবী
নুপী লক্তা অথোইবী
চনিং ইতা থোইবীনা
শম্বতগী য়াথোক্লা
নোংয়াঈতগী য়াহৌনা
কবো লোইদা লৈরবা
অবা কোঙ্গাঈ খাঙলবা
অথীবা খুদোং লেল্লবা
মপুক্লিঙগী অবাবা
থম্মোইন্নুংদা লোত্তুনা
শেম্বী পুঙদা লৈরবা !
খুমনতগী য়াখলনা
মাত ফংনিঙবা ময়াইনা
খাইন মৈরী লাংলবা
কাঙ্গনা মৈখু চূববা
মীগী থৌদা ইল্লবা !
স্বর্গগী ওইবা অশেংবা
মক্তুবা অরাবা নুংশিবা
সতি থোইবী মবুঙো
লাঙ্গৈরা শঙদা পোকচবা
থাংপোক নুংদা চাউজবা,
শোঙ্গদে মহাকস্ন অমনি
মী মরক্তগী থোইগনি
পাখং লক্তগী হেনগনি
থোইবীগা মতিক চানবা
মশক্না লাইগুম ফজবা
মীশক অমা ওহগনি ।”

আস খিবীক থন্দূনা .
উনিঙবা কোঙ্গাঈ পোক্তূনা
ঈথক চা-গুম থকচবী
শঙদ্রিক চংনিং ইবেম্মা
খোঙদোঈ তোঙ্গনা হুনখরে
মিংন্না লৈনা য়েংখরে,
তয়ান ঙমজবী চীনবান্দা
খোঙ্গরুম মোমোন তৌখরে ।
মথং মথং চংখরে
শনখোঙ মাঙ্গকৈ পাংখরে
খোঙশঙবগা উন্নরে
থেম্মা নৌনা হাঙ্গজরে
থূল্লা লৈত থঙহল্লে ।
শনথোঙ পুবা নিপাদো

লাঙ্গনা চিংবা য়াদরে
হাঙ্গরি মথৈ তাদরে
কারন মপান থোকপনি
মানা থোইনা পামদেদো।
মোইরাংদদা নত্তনা
চপ মান্ননা মুংশিদো
থোইবী রাব কোক্নবা
পাম্বৈ কয়া খনখরে
রাংলেন মিৎনা কূপ্পদা
কবো মপাউ মেল্লকই
তাকপিরবা য়াথংদো
মদূগী দণ্ডি পূমংদো।
নপাবুং নাকোঙ্ য়োবগা
ইবেম্মনা খঙ্বিবি ;
তাংলৌ লৈনা থেঙখবে
তাইবঙ তূমখুন হুনখরে।
ননাইগী দোষ লৌবীনূ
ঐনা মাঙদা চত্তুনা
খম্বা মরা হংজগে
খম্বা থোইবী অনিনা
চীঙ্গোঙ্গ পাওমেন্নঞ্জবা
তন্না মোইরাং তমগদ্রা
খম্বনা থোইবী পুগদ্রা
খম্বদা থোইবী পীনিঙদে
পাইরক্কী লৌশিং চাউবীনা
অদুমঙাই হাঙ্গজখি ;

মথৌ খঙ্বা ওইরমলে
চংনিংগী রাফম অসিদি
তরেংকী শেনবু উৎপদো
থোইবী কৌবী ইবেম্মা
শেম্বী মীপূম খদিঙ না।
সতি মগুন ঙকইদো।
সতি পুক্নিঙ্ থুংনবা
ঙাইহাক মরু লূকখরে
শঙদ্রিক চংনিং য়েংলকই
"নিথৌ মচা ইবেম্মা!
কারন মপান থোকইদো
অবানবা লীচৎ য়াদবা
ননাইগা করি ওইগনি
অদূমদি ওইবগা
নোংয়াঙ্গ পুঙজাউ থীনখরে
হঙ্গৎচবা তাবিয়ূ
ঈরোঙ্গ মথৈ পুদূনা
থূংস্থূ খূংলাই লোঙ্গননা
খূমন মপাউ তাজগে
ঙাইহাক পূঙ্গোঙ্গ উন্নবা
অদূগী মতু তাবদা
মনা মনিল নাইরোইদ্রা
পূন্নমক অসি খঙদনা
নত্রবদি মাঙজরে।"
মিৎনা কূপ্পা খঞ্জখি
মিৎনা কূপ্পদা চঙখরে

হৈনম লৈনমগা চূহৌরে
চীক্লা লেম্বী থোইবীদো
থাবন ঈরোঈনদূনা
অচৌবা ঈশিং ঈপাক্কী
ফাওগৎলকপী দেবীগুম
মতা চংনিং লোঈননা
মুংশি লমদম পাংলকলি।
থোইবী পুক্নিঙ লাওলিদো
মাঙদা তথক য়েংলিদো
তাইবঙ ঈচীক হুল্লিদো ;
সিন্দূর চাঈগুম ঙাওলিদো।
পামেল থক্তা লৈমাঈদা
থাগী মঙান্দা লংলিদো।
মুংশি রারী শাদূনা
লমলোঙ লমখাই যোরকলে
পূর্ণিমা থাজনা ঙানখরে।

মতা নাক্তা য়ৌথরে।
চীক্লা লেম্না থোরকলে
মাঙদা খোঙদোঈ হুল্লক্লে।
লূরবা ঈরোন মুংদগী
নিঙথিজবী থোইবীদো
সনা লম্বেন ময়াঈদা
মুঙাইবা ঈথক কয়ানা
মিংস্না থম্বাল মানবীনা
থানা কোক্তা ঙাল্লিদো
কোমুংগী লম্বী অদূনা
নাক য়েংকী লমহাঙদা
অহিং লীকলা তারিদো
মতা চংনিং লোঈননা
পন্দনা অস্তুম চঙলকপা
মমলম্বা থম্মোই আতিয়া
× × × ×

শগোল তোংবা অনিথক
লমখাই থক্তা লেপলম্বা
অকনবা শাবান অনিনি
শঙদ্রিক চংনিং কৌবীনা
কবো সিপাহি মথৈনা
হাঈক্তম থোকপা রাহৈনা
"নিংথৌ দগ্তি কিবনা
ঐখোঈনা মাঙ থাবনি
ফৈরোঈজাম্বনা হাঈরকই

খুক্তা চূকলী পাঈদূনা
মতা অনিনা উরকলে ;
চাউ শাংবা মূর্তিনি
মিংফম হোংদনা য়েংথরে।
হৌনবী সলাম তৌদূনা
থম্বা য়েংনা হাঈরকই
হৌনবী ঈথৌ কাঈবনা
সনাগী থোগল্লকপনি।"
"চুম্মি চুম্মি, য়াম্বখোঈ

হৌনদরবা মতৌনি
মনা মনিল নাইরমলোই
লম্মন তোল্লে খনগনি।"
তম্মা কবো চাইথোকখ্রে
লাপতক থাপতক লৈনখ্রে
ফৈরোঈ খম্বা অনিগা
অমগা 'মগা কৌনরে
থোইবী কৌবী ইবেম্মা
ফৈরোঈজাম্বা মবাইগা
মুঙাইবা মক্ষম য়েংদূনা
অমগা অমগা পেম্মরে
অরাবা রারী শানরে
অরাবা শোর হোন্দোকলে
মতাগী পুক্লিঙ থুংনবা
মতম তাঞ্জা খঙদূনা
শঙদ্রিক চংনিং লোঈননা
হৌজিক্তা উম্নবা অনিদো
পোকচৈদগী তিম্নগুম
কয়া অমা নোক্লখি
অমগী নাকোঙ পেম্নখি।
ঈচেল পীকপা তুরেন্দো
থাজ কয়া রারকপা
পোম্বীগুম্ চীলওক্লা
অচীকপদা চীকনা
কয়াগী মতিক পেনজবা।
লোম্মা য়াম্মা লোম্মা

ঐখোঈ তম্না হনগনি
নখোঈনা ঙসি তেঙবাংবা
ফৈরোঈ মপাউ তাবদা
মাঈকৈ শীম্না চংনখ্রে
মিংকুপ নাছুম য়েংনখ্রে।
থোইবী চংনিং কৌবীগা
মহৈ মহৈ য়েংনরে।
মতা চংনিং কৌবীগা
শকথঙ মাঈখঙনহল্লে ;
তিঙ্গোইথক্তা ফম্নরে
হৌখিবা থৌথোক লীনরে ;
মুঙাইবা পাউ তম্নরে
শঙদ্রিক চংনিং খোম্বীনা
ফৈরোঈদা ঈঙ্গিং তৌথরে
ফৈরোঈজাম্বা মবাইনা
ফম্ফম লাংবু থাদোকখ্রে।
মবুং মৌপুরা অনিগুম
ফাগি কয়া তৌনখি
অমগী রাহৈ তাবদা
অ:শামদদি কমদৌরি
সমুদ্র ঈপাক্তা তিনজরে
মিংনা কূপ্পদা কোক্লরে ;
চেক্লাগুম চীন্দিম্না
মু-শি রারী শাজবা
চীক্লা নাপ চীকনা
হৌখিবা মঙ তম্নরে

তুংগী আশা উৎনরে,
অনিমক ঈমুন মুন্নরে
"পীকনা লমচৎ খঙজবী
কেগেদা ননিঙ তৌজবী
ইশুংলাংগী দমক্তা
মীরোন লোনবা মরক্তা
পোন্দা লৈবা পোম্বীগুম
পাগৎ ঐনা খাঙভমদে।"
মিংলু ঈরা চেন্দূনা
পেন্না পেন্না চূপচর্থি।
রারীনা লোইবা নাইথিদে
অরেম্বা কয়া ঙাউনখ্রে ;
ঙসি নৌনা উন্নবা
কয়াগী মতিক পেঞ্জবা!
নুঙাইবা ইপোম লাংলিঙৈ
য়ুথক পুঙথোল তারকলে
থম্মোই শেগাক কাঙ্গনরে
তফিং তফিং হৌগৎলে।
ফৈরোঙ্গজাম্বা চঙলকই
"মোইরাং নিংথৌ মমোম.লাই
অঙাবা মতম লোইরনি
অয়াম্বা মতম হৌখরে
অরেম্বা শীঙবুম খরদং
থাংজীঙনা কুবীরগনি
লোইগী মতম শুরকলে
অনৌবা ঈরাং হৌনরে

খুংনা থা ফংনরে
পেম্নবা লৈত য়েংনরে।
চাউনা নাউথী শাজবী
মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই
কবো লোইদা খাঙলবা
মীখাপোনবা য়াদূনা
মীচেঙ চাদূনা লৈরবা
অসি হাঙ্গবা লোঙ্গননা
সনাবু চেৎনা কোঞ্জখি
মতৌ অসুম তৌদূনা
মশানা মশাবু কাউনখ্রে
মতম কুইনা শেৎনবা
তুংশিবা কয়া হেনখিবা
অসুম্না ঈমুন মুল্লিঙৈ
ঙাইবঙ মালং কাউবিবঙৈ
অনিমক ঈশং থংনরে
অমগা মগা য়েংনরে
থম্বনা মবাই কৌরকই
সনাবু য়েংনা হাঙ্গরকই
সতিলক্তগী অথোইবী
অমুক কুইবা তৌররোই
অরাবা কোঙ্গাঙ্গ লেল্লকলে
পুক্লিঙ ফা–না. লৈবীখো
শোঙ্গদনা লোই কারনি
মোইরাং প্রজা মরক্তা
পুক্লিঙ ময়োম্ন চোংনরে।

ঐবু পোকপা পন্থৌনা
লোম্না ৱা তান্নরে
লাঙ্গনিংথৌ নাকোঙ য়ৌথরে
নপাবুং পুক্নিঙ হোংলকলে
অৱাবা মতম লোইরনি
পামেল্ল ময়োল চোংলনি
মোইরাং ফজবা হেল্লনি
ঙাম্নু সঙ্গু চাক্তানি
লেঙশিনবীবো সনাহল !
ঐখোঙ্গস্থ মোইবাং তম্নগে
মহৈ মহৈ থীল্লনি।
কবিনা লম্মন খুমগনি
মতম চাবা লাকখিনি।
খূমন য়ূমদা ঙানবকাল
লেঙদবা মরূপ ওইনসি।"
"মোইরাং পাখং থাজদে
ইতাগী কাদা খঙজবে।
শেম্বী পুঙদা লৈববা
সিগী তৌবীমল উৎপদি
খবা লৈববা কান্দদি
থাজবা থূদম করিনো
ঙাইহাক্কী ওইবা মরূপ্তি
লৈরাংনা লৈহী চেল্লিঙৈ
খজিক্তুং মরাই চাঙ্গরকপা
"রাশ্রেবিনূ শকহেনবী !
তুংগী আশানা হিংবনি

অথৌবা থোংলেন মন্ত্রীগা
শরৌ শীনবা লোইখরে।
নিংথৌগী য়াথ তাবদা
লোইদগী কোগে খল্লক্রে।
বসন্ত ঋতু লাকলনি
নিঙথিবা মপান শারনি।
লোক্তাক লাইজনা শংগনি
কাংঙা মপৈ উরনি।
খঙদ উদ চঙবিখ্রে।
তম্না হৌজিক য়ৌবগে
তূমু নিংথৌ মমোম্নলোই
ৱারৌবিনূ শকহেনবী
সীজনা মোইবাং য়ৌবকাল
নিঙথিবী অম্নুক উন্নসি
শঙদ্রিক চংনিংনা খুম্নকই
মীগী তৌবীমল উগন্দে
ইতা থোইবী কৌবীনা
কনা মগুং লাংগীনো
ঙসিতদা উজবি।
শ[illegible] ফাওবা খ[illegible]বীরোই
চসি ফাওবা খ জগ্রি।
তুংদা মাঙনবা মশকনি
খোইমু শাখপ তোঙ্গগনি
তুরেন কাওশীঙনি খনগনি।"
মতম তানজানা তৌবনি
নত্রবদি ঈশেলসে

ঙসি কৌবা সুমিত্তা
থোইবী লৈতব মোইরাংদা
ঐনা করি হাঙ্গগনি
অসি য়ৌনা লাক্কচবা
য়েরু মিংয়েং হুরকপা
অসিদগী হনখ্রগা
করি অমুক থোক্কবা
কল্লক চাউবা মোইরাংনি
শরৌনা য়োমবা খম্বনি
থোইনা করি হাঙ্গগনি
ননাক্তগী নতানা
ঈবেম্মথোঈ লেঙশিল্লো
তাংলৌ লৈনা থেঙখরে
ঈমুংনা শোরা তৈত্রিঙৈ
কেগে য়াকাঙ্গনত্রিঙৈ
নত্রবদি মাঙলেদো।"
অকনবা পাখ অনিদো
অচৌবা লাঙ্গোঈ অনিদো
থেকনা জগোই শারকলে,
পাঙ্গগে হাঙ্গবা মতাগুম
খম্ব মপুরা খম্বনা
হম্না লৈনা য়েংলকই
থাদোইবু চিংনা য়েংলকই
অশাংবা শোর হোন্দুনা
অনিনা বিদায় তৌনবা
মাখোঈনা হেল্লা রাথরে

শেম্বীদা মশক উবীরোই
খম্বনা করম হিংজবা
কেগে চীন্দগী তাবিনি ;
শেম্বী পুঙদা লেপ্লবা
খুদোং কয়া লাল্লকপা
কেগে লমদম য়ৌরগা
থাংজীঙতনা খণ্ডগনি ;
মীহৌ চাউবা লৈবাকনি
নত্তা থোইবীনা খঙগনি ;
অদু নংলমত্রবদি
করিগী শেম্বাদা লেগনি।
ঐখোঈবু বিদায় পীবিরো
অহিং মতম য়াম্লক্তে ;
থানা থক্তা ঙাল্লিঙৈ
য়ুম য়ৌদবা য়াদেদো
অসি হাঙ্গবা লোঈননা
শগোল থক্তা হুনগংলে
মঙক শুন্দা হাইগংলে
মুংশিংকী মাঙ থাদুনা
মমিং তথক য়েংলকলে।
লাঙ্গোঈ থক্তা লৈদুনা
থাইনরমদাই মিথয়েংনা
অরাবা কোঙ্গাঈ লোত্তুনা
মিত্তা ঈরা লোঈননা
অন্তবা অনিনা য়েংঙমল্লে
শঙত্রিক চংনিং য়েংদুনা

মবাই ফৈরোঙ্গজাম্বনা
লাঙ্গোঙ্গ খুজ্জা থৈরকই !
অমূক কুইনা পন্থদ্রে
খুরূপ কন্না থোৌখরে।
মতা অনিনা য়েংহৌই ;
খম্বস্থ লৈনা য়েংলম্মী।
উনা উনা লোৎখরে
নোংচূপ চাঁওগী থাজগুম
শোর শাংনা হোন্দুনা
মাঙ্গথোং লৈদা লূক্কুনা
শঙদ্রিক চংনিং তূমখরে
সনাস্থ ফম্মুং চঙখরে
মুংশি রাখলনা ওৎখরে
কাঙ্গনা মৈখূ চূখরে
মিৎস্নাদগী পিতনা
হৌখিবা কয়া নিঙশিংলে

"ইবেম্মা চংলে হাঙ্গরকই"
অকনবা মশেংদ মবাইদো
য়েং ওই শাজৈ থাখরে
মিৎনা কুপ্পা কাংদনা
মিৎমা উরিবা লম্মথৈ
ওম্মোকপনি উখিদ্রে
মিৎকী কারন লানখরে,
থোইবীগী থা লোৎখরে
মতা চংনিং লোঙ্গননা
সঙ্গাইদা মাঙ্গ ওনখরে।
মুণ্ডাইবা মঙ মঙখরে
মিৎনা কুপ্পদি উইদরে
নোৌনা মৈশা লাংখরে
ওন থোইন খাঙখরে
কোক্কী মোন চোৎখরে
রাখলনা মপাল নাইখিদ্রে
লংজীন থিবা খঙখিদ্রে।

---

কবো লোই

## ৪ শুবা পন্দুপ।

"মঙদা থাদোই উরম্মী— ঈচাবু না-যেকপরা
কবি পাউবু তাগবা।"

নোংচূপ চীঙদোন মরুমদা
থানা কেকু লোংখরে
চীঙখৈনা মূনা যেংলকলে
থাগী মঙান লোইরকলে
অমম অঙান শিন্নবে
অঙানবা শব্দক ফাওরকলে
অযূক্কী নুংশিং তাবকলে
.কাঈনা লৈনম য়েল্লকলে
চরোঈ তেতু খোংলকলে।

ফৈরোঈ খম্বা অনিনা
নুংশা থীবা লোঈননা
যেং ওই শাজৈ থাহুনা
নুংশিংকী মাঙ থাবকলে
চীম্বান কাঙথোক্লদরে
তূমিন তূমিন থৌনরে
লমজেন তান্নবগুম চেন্নরে।
পন্দনা অস্নুম লাকপনা
মাঙগী লম্বী তেল্লকলে
লোক্তাক খোঙবান তারক্লে
মোইরা, খুনজীন তম্মকলে
যাহৌ ঙনবা থরনা
ওন্না শিন্থাবা কাঙবুনা
থবক্কী লমদা থোরকলে
মশেল মবাইগা থেংনবে।
নুংশা থীবা লোঈননা
মাঙদা তথক য়েংদূনা
লাঙ্গোঈ খুরূপ তোঈরক্লে।
মতেক খরা থৌরকলে
কনানো অমা উরকলে
অনিমক স্বাঈ লাউনরে
মতম তানজাদি লৈখিদে
অঙকপা ফোংদোক্লখিদে;
পন্দনা অস্নুম চঙলকলে
মূর্ত্তি অদো শেংলকলে
মশক মূন্না খঙলকলে
মাঙদা নোংবান থেংনরে।

অয়ুক য়েন্দা ওল্লিবৈ
লাঙ্গোঈ থক্তা হল্লকপা
অঙোম নোংবান পুক্লিন্তদা
ফীজোন শুনা শেত্তুনা
তাইবঙ মীকপ থোক্তিবৈ
মফম কৈদা চৎলুবা
মণ্ডল মণ্ডল খন্থখি ।
অনৌবা তানজা ফংবদা
খোঈরুম মোমোন তৌরকই
" কদোম লেঙলুই " হংলকই ;
" শগোল লাক্লুই "খুয়কই ।
শগোল লাক্পা পোলোইদি
খুকউ শেন্না লৈজোদো "
নোংবান মমাঈ লৈখরে ।
ফৈরোঈনা নোকমি তৌরকই
চত্তুম চৎলু থেংগনি "
মাংদা তুমিন চংশিল্লি ।
কৈ কিদূনা চেল্লগা
খরাঈ থোঙ্গাল রাংমদা
মচা মঙ্কাক উবদা
মশেল মবাই য়েংদূনা
অকনবা পাখং অনিদো

× × × ×

থোইনা কুইনা কান্নদে
মমিৎ মমাঈ শেংলিবৈ
খম্বা ফৈরোঈ কৌরবে -

মশেল মবাই অনিনা
অনিমক্কী মতৌদা
চিংন পরৈ হুকখরে ।
লাঙ্গোঈ শাবোৎ হাপ্তুনা
কাকন' লানবাউ শীল্লিবৈ
চিংনগনবা নোংবাননি
শেঈদ্রে লেপলে নোংবানদো
কৈদা লীংকনি মতাগুম
মচিন চীনবান থোঙদদি
পাইরক ফবা ফৈরোঈনি
"মতম মফম চাদনা
নোংবান খুত্তা খঙউদো
অসি হাঈবা মতাগুম
খম্বনা মবাই য়েংলকই
" থোক্লবনি কৈদোনি
থোইনা মখা তানদে
ওন্থোকপগী মতৌনি
মাঙদা শঙম থেংনবা
চাউবা নোংথোল লেপলম্বা!
চাউবা মন্ত্রী খৌদেম্মী -
চেকশিঙ্গোবু লাউরম্মী ;
অকি হঙ্গোই চঙনখি ।

× × × ×

মশেল মবাই অনিনা
দোলাই পাবা ফাওরকলে
মনাউ ইবুংঙো য়ুবরাজ

সনা য়াথংনি তম্নরে।
মন্ত্রী মরাং লৌদূনা
দোলাই পাবা লোঈননা
নোংবানননা থৌগল তৌদূনা
মনাইগা য়ারী শারম্মী ;
খুকউ লৈদা কুন্দূনা
যুবরাজ য়াথং ঙাইরকই।
যুবরাজ য়াথং থারকই—
নশেন নবাই নথক্তা
অদূগীদমক কৌবনি
নথোঙ্গী অকনবা ঙাক্তনি।
অয়ুক য়েন্দা ঙল্লিঙৈ
লাঙ্গোঙ্গী শগোল তোংদূনা
নোঙ্গুকপা য়াহৈ লোঈননা
যুবরাজ সনা চরণদা
"ঐবু লোঈবা লৈমাবা
ননাইগী দোষ ঙাকপীয়ু—
ঙসি অয়ুক অংনবা
পোম্বী চেকলা তূমলিঙৈ
অঙাওবা শগোল লাকচরুই ;
যুবরাজ সনা চরণদা
অতুম্মদি ওইরগা
চুম্না শগোল লাকচবা
য়াংবীদা মী চত্রিঙৈ
হুয়ান চীম্বী মতৌগুম
খম্বা ঈশেল ঙবাইবু
ফৈরোঙ্গী খম্বা তানিনা
সনা য়াথং মতুং ইন
যুবরাজ সঙ্গাই পাংলকই
মনাউ ইবুংগো লৈরম্মী
মশেল মবাই আননা
থূবাং চাংজৌ লোম্মনা
সনা মাঈথোং লৈরকই
"তয়ুম অংগোম নোংবানননা
য়াফম অমা লাউররি
চুম্না চুম্না তমগনি
ঙসি কোরৌ হুমিত্তা
মোইরাং তূমথুন হুল্লিঙৈ
নথোঙ্গী কৈদা চংলুবা।"
মবাই ফৈরাঙ্গজাম্বনা
চীঙ্গোঙ্গী মপাউ মেল্লকই—
ননাইবু লোঈবা ইবুংগো!
চরণনা কৃপা তৌবীয়ু।
মীটক মীরাউ তাদ্রিঙৈ
লম্বীদা মী হাঙলিঙৈ
ননাই নোংবান কৌবনা
হঙ্গংলবা তশেংই—
সনা বুদ্ধি তৌবীয়ু
য়াঙৌ খরা তন্দূনা
লাঙ্গোঙ্গী মচীন চুমজবা
ফীজি ফী-না নেংপগুম
সনা নাকোঙ যৌরম্বা

সনা পুক্লিও লাওহনবা
তরঙদা তাউবা ননাইসে
ননাই ফৈরাঙ্গ ঈশানা
সনা চরণ কৃপানা
শেলুংলক্তা তিঞ্জরি ;
পুবেনবনা পোকপানি
মপাম্বোমতগী পাঙ্গলনা
সনা পাম্বোম-ওইজ র !
ঈশেল ঈবাই মকুস্থু
অপঙবা প্রজা মখৈদি
সনা নোংদম তম্বায়ু
কবিস্থু লৈত মরমদা
ননাই নোংবান চাউমল্লি -
ৱায়েন চৈরাক থাবায়ু ।
সনা মিলেন মক্কনি
ননাইগী ননাই অক্মানি
সনাবুদ্ধি ওইবানি ।”
মোইরাং নিংথৌ মনাইনা
নোংবান তন্না য়েংলকই
“তযুম নঙস্থু তারেদা
মশেল মবাই অননা
কারনা প্রমাণ ওংরিবা
প্রমাণ তৌরো য়েংলসি
মবুংঙো য়াথং তাবদা
“সাক্ষা প্রমাণ লৈতনা
সাক্ষাগী জবান তাবায়ু

থৌগন মশক খঙনবা
মতিক ওকপা তৌবায়ু ।
মোইরাং মন্ত্রী মগানি
হৌজিকস্থু থৌগল ফংজরি
অদুগা ঈশেল ননাইস্থু
অথৌবা থোংলেন মচানি
পক্লেও ফীরান থেংচরি -
সনা বুদ্ধি তৌবায়ু
অস্থুম তৌনা ওংপদি
মতৌ করম থাওগনি ?
দোষ পীকম খঙদনা
সনা নাকোও য়ৌবদি
মতিক থোকপা তৌবায়ু
মথোং হুক্কবা ননাইনি
মাগী মগাত লৌবিস্থু
ঐখোইস্থু থৌগল ফংজরি
ফৈরাঙ্গ মপাউ তাবদা
মাঙ্গথোং হাইফেং ঙাওদুনা
সনা য়াথং থারকইঃ—
করি অমুক হাঈনিঙবা
কবো চংলুই ৱাকংপা
কনাবু সাক্ষা পীরিবা
সাক্ষী মগা তারসি ।”
নোংবান থৌনা থুম্নকই-
ননাই নোংবান ৱাকংলোই
মরাইনা পোপ তাজনি

সনাবুদ্ধি ওইবীনি
অসি হাঈবা তারগা
নোংবান সাক্ষী কৌরকলে।
তোপ্পা তোপ্পা হংলকই
"ঙসি অয়ুক ঙল্লিবৈ
উচেক রায়া খোংদ্রিবৈ
ফীজোন শুন, শেংলকই
লোক্তাক খোঙবান্দা হল্লকই
খুরূপ কল্লা থৌরকই
কৈদা লেঙলুই হংজবা
অসিগী মতুং তাবদি
মশেল মবাই উজদ্রে
ফৈরোঈজাম্বা নিপাদো
নোকমি নোকমি থৌরকই
নমহং নমহং হংলকই—
নখোঈ ঐখোঈ ওক্লবা
লোক্তাক খোঙবান করম্বা
তাইবঙ তূমখুন হুল্লিবৈ
নখোঈনা কৈদা চংলম্বা।
অঙোম নোংবান লৈকাইদা
মতৌ করম লৈরম্বা
ঈশেল ঈবাই শগোলশিং
মচু মমেন হাঈযুদো
ঐখোঈ অনিবু উথিবা
থম্বগী ফিজেংনা করিনো
অসিমসু হংনিঙই
অশেংবনি খঙবিনি।"
দোলাই পাবা থাদূনা
মীকোক চোইনা কৌশিল্লি
চপ মান্নদা খুন্নকই
অমম অঙান থাঈদ্রিবৈ
মশেল মবাই উন্নজে
শগোল শাবোং হাপ্লকই
ঐখোঈ পূম্নমক উহৌই।
ননাই খোঈ খিবীকনা
কবো চংলুই খুন্নম্মী;
ননাই ঐখোঈ খঙজদে
থবক্কী লমদা চংচরে।"
মপাগুম লৌশিং চাউইদো
সাক্ষীরোমদা ওনশিল্লি
"য়াম্না ফরে য়াম্বখোই
ঙসি অয়ুক থেংনবা
কদোমদগী পাংলকপা
কেগেনা য়াকাঈনদ্রিবৈ
নয়ূমনা মোইরাং খুল্লক্তা
লোক্তাক খোঙবান লমদদি
করম্বা নখো পাঙলুবা
কনাগীনা করম্বা
কয়া চাউবা তম্মুদো
লাঙ্গোঈ থক্তুনি হাঈখিদো
ঐগী ফীজোনসু হাঈযুদো
নখোঈ ঐখোঈ থেংনবা

নোংবান য়াওই হাঙ্গখিদে
অসি জবান তেৎখিবা
নোংবানদি করম খওলবা
তরেং শেনজা কয়ানা
নচীন চুম্না খুন্মুদো
মথক্তা নিথৌ লৈরিদো
সাক্ষীসু দণ্ড ফংহৈদো
অসিনচিংবা রাহৈনা
তোপ্পা তোপ্পা হংলকপা
অমগা মগা তোপন্দেদো
রা খুনফম খণ্ড্রেদো।
নোংবান মরু লুকথরে
মমাঙ্গ লৈনা খাঙথরে।
মাঙ্গ ঙাওবা নোংবাননি
" অত্তা- মনাউ ইবুংঙো।
লৌ উতুনা চাজবা
অচুম্বতা হাঙ্গজবা
সাক্ষীশিংগী মফমদা
মচীন পৈনা খুমহনবা
নিংথৌ মন্ত্রী পন্দুনা
মপ কয়া তৌদুনা
লৈখৎতুনা লানহনবা।
হুরানবনা নানথোকপা
অরাম্বা রায়েল হুকখিবা
তৌবা ওন্বা— উবদা
অনিমক অকনবা ঙাক্তনি

নখোঙ্গ ভগা থেংনবা
মাদুনা শেংবা থোকলবা
নখোঙ্গগা করম থেংনবা
নোংবাননা সাক্ষী নেকলবা
যুবরাজ সনা মাঙনিদো
অশিংবা ম া য়াওরিদো
অদু খড়না খুমজোদো।"
মীপুম তিংনা তোঙাম্না
লোইনা চীনখুম চোইরেদো
নাতৈ শাবা য়াদ্রেদো
সাক্ষীনা চোইবা উবদা
ফম্বদা মৈমূক শা-থরে
অতুম ফন ওইনসু
নীন্দা হন্দবা অঙোমনি
রায়েল চুম্না তৌবীনি
লৌথুপ লৌকোঙ্গ হৈতবা
তোররিঙবা ননাইশিং
অকিবা রাফম উংতুনা
সনা মাঙমক অসিদা
চান পাল্লি মতাঙুম
ঈচুম চুম্বা রাফমদা
অকুপ্পা বিচার তৌবীয়
মপুনা চৈরাক ফংজবা
মশেল মবাই মতৌদা
ননাই ঐদি ওকচরে।
মন্ত্রীন পোকপা মক্তনি

তৌত্নুম তৌগে মতাগুম
ননাইনা করি হাইগনি
হাইদোবকপনা সঙ্কানি।"
যুবরাজ খাখল তৌখরে
মাঙ্গথোং লৈ-দা লুকখরে।
মণ্ডল মণ্ডল খল্লগা
অবোইবা য়াথং তাহল্লে
কবো যৌরুঙ্গ য়াকংপা
খম্বা মরান লৈতবে,
সাক্ষী জবান কখরে,
বিচার শঙ যৌদরে
নোংবান খাখল থেনমল্লি
নাতৈ চাদবা খাযমদা
নঙবু চাল্লি মতৌনি,
অচান চান্দা খাইক্নদে
ঙসিদগী কাউফদে
ইনাহংগী ইনাই ঙাক্তনি
নিঙলকপদা ঙাচবগুম
নিংথৌ নাকোঙ যৌফদে
চংলো চংলো তযুমগাঙ্গ
অসি হাইবা লোইরগা
য়া মচেং ঙাওখদ্রে
ঙসিদি কোম্মং কাদরে।
নোংবান ঙকপা থেংইদো
ঙসিদি পূমহো হোংইদা;
মমাংঙদা তাখিদ্রি
থক খা হন্না য়েংলবা
তৌথোবকপনা প্রমাননি
পূম্নমক লোইনা তাশিল্লে
ঙাইহাক য়া ঙাওখিদ্রে
অসুম্না ঙাইগাক লৈবগা
সনা যাথং থারকলে
"ফৈবোঙ্গ খম্বা অনিনা
প্রমান মতিক চা-দবে
নোংবান মরা শোঙ্গখরে
খান মচা ওইবনা
খাদা সুম লোংরনি
বুদ্ধি লৈতবা মতৌনি
পাক হেক লাউববা
নিংথৌ দণ্ডিদি তোঙাল্লি
ঈচা মচা নাইফদে
ফৈবোঙ্গ খম্বা অনিসু
অচা নাখা মতৌগুম
অসিগুম্বা খাফমদি
মতু মনাও তৌফদে,
নোংবান নচসু হনখবো।
সঙ্গাই হুদা লেঙশিনখে
মযাম্মু নাক্তা চংতরে
মবুংঙো মতৌ উবদা
মহৌশা ফিবম নংদো
ঙাস খবা নেংসিদি
ভাব ফবা নোংবাননি

শরনি ফবা অঙোমনি
থ.ম্মাই হুংদদি ৎর্মনি
যুবরাজ পুক্লিঙ খঙইদো”
নোংবান মপূক ফাজখি।
খম্বা তূ্মিন লৈরম্মী
ময়ুম মাঙ্গকৈ পাংলমদাই
অথৌবা মিংয়েং মমাঙদা
মরু লূকনা খাঙখবে।
নো্বান ময়ুম চংখরে
“চীনবান থোঙদত ভাঙবনি
পীকলিঙৈদগী মনাইনি
অসি রুখল খন্দুনা
হৌভৈদগী হুজিক ফাও
মহৈ মহৈ হল্লমদাই
নোংণানদ শাংত্রিক য়েংলকই
মমাঙ্গী থাবা নোংবানদো
থোইনা মথা ভানদে
মশেল মবাই অনিস্থ

মোংবা মরান তম্লকলে।

কদোমদগীনো খঙদনা
তু লোমংগা কৌখকই;
নোংযাঙ্গ লৈনা যেলকই
সেন্থ কৌবী শকহনবা
“শেম্বী পুঙদা েডলুবা
নংাইবু করি হাঙ্গীবকপা
থোইবী লৈতবা সঙ্গা দা
কয়াগী মতিক ্াজবা
মোইবাং কনা উবাদে।”
হিক হিক লাটবা থোঞ্জেন্না
চিনা যেনা াইবকই।
খম্বা চকপা থেখবে
অচানী করম খঙলিবা
চংলুদবা তাদূনা
সেম্নুনা থুনা থুল্লকই
থোইবী মনাই সেন্নুনা
সেন্থ োঞ্জেল তাবদা
পোম্জেম্ববু চাইবকই
ম্বা নাক্তা চঙলকই।
কবি পাট্রবু পুবকপা
অমত্তা খাক্তা তম্বীযু,
মনাই সেন্নুনা খাঙজবা
কেগে কনা খঙবীদে
মমিত্তা ঈবা চেন্দুনা
মবেম্মা মপাউ হংলকই
সেন্থ মতৌ উবদা
“ঔনা কবো চংলুবা
যুববাজ সনা মাদগী
হল্লক[illegible]বা অসিনি।”
থোঙ মরুমদা লৈদূনা

ননাই সেন্নুসু তাহৌই
ইবুংগো ঙসি হিংবনি
ননাইগী ৱাবা কোকপিরো।"
করি পাউবু তমগনি
সনানা মনাই কাউদেদো
নিংথৌ মচানুপীদি
মীরোন লোনবা মরক্তা
মীখা পোম্মা লৈহৌই।
মনিঙ তৌবা পামজবী
লৈরাং মথন শাংচবী
কবোদা করম লৈহৌবা
থম্মোই কাঙ্গনবা মর্শাক্রি।
মিংস্না ঈরা চেলহৌবা
লোইদি মতম য়ামদরে
যুবরাজ পুক্তিং খঙবীনি
অচানবী কবি খঙবগে

সেন্নুতগী লাইনিঙনা
সনাগী পাউজুম তম্বীরো
ঐনা করি হাঙ্গনি
থাপ্লবা কবো শেম্বীদা
সেন্নুত শোম্ন লৈহৌই
পোন্দা লৈবা পোম্বীগুম
মীগী মীচেঙ চাদূনা
নোংদোন থক্কী চেক্লাগুম
নিংথৌ মচীন মনাউগী
শেম্বীদা করম খাঙহৌবা
ঐনা করি তমগনি
সনানা তরক লৈহৌবা
ঈমিৎ থিংনা উরকলে।
নুমিৎ খরদ মঙাঙ্গরে
নপাবু পুক্তিং করিনো,
নঙগী নপাউ তাবগা

অরাম্বা কোকথোং শাজগে।"

থোইবী মনাইনা খুম্লকই
মীনাইনি ঈগা তাবিদে,
ঈমাতোম্ভগী সহায়নি
পাবুং পুক্তিং ওনবনি।
মচাগীদমক খনবদা
তোঙ্গনা কোনুং কাদরে
পাবুং সনা মাঙ্গ[illegible]সে
মহৌশাগী নত্তরে

"ঐনা ঙাঙবদি লৌবীদে
হুন্দক্কী লম অসিদা
মাহাক্তগী খুজীন্না
অমরোমদা পাবুংস্থু
লূক নিঙথি হাদরে
পঙনা ৱা ঙাঙদরে
মতম চূপ্পা লূকখরে।
ঙসি বিচার মতমদা

নোংবান্দা থাবা য়াথংদো
নোংবান মশক য়েংনিঙত্রে
থোইবী নোংবান পাবদি
পাবুংনা মচা মুংসিবা
সনাবু লোই থারমদাই
কনা-দস্থু শিন্নদে
সনা খুংনা থমজিল্লি
ঐনা নোংমা থেংনরুই
মাঙ্গথোং ঈরা চেল্লম্মী
'সিনা নোংমক্তা নত্তেদো
লৈকোন থুংনা চংলিদো
মুন্না মুন্না য়েংইদো ;
সীজনা য়োক্লম্বা হৈরাংশি
অত্তোপ্পা কনা চঙহন্দে ,
হৈরাং মপুঙ ফাথবে
পাবুংনা মিংয়েং চঙখরে।
সনাগী কা ওইরম্বা
পোথানফম ওইখবে
ফজবা থোইনা হেনহল্লি
ঈবেম্মগী শান্নপোং
লময়াঙ্গ চপ্পু লেপতৃনা
ওসি অয়ুক অঙনবা
মঙগী য়ারী তম্নকই
ঈচাবু না য়েকপরা
অসি হাঙ্গবা লোঙ্গনন্না
কয়া অমা ঙাঙখরে

ঐখোঙ্গদি হায়া খঙজরে ;
মন হাঙ্গব শাবনি
সমুদ্র লাংথো মতৌনি
হন্দক্তদা খঙনরে
মরীক মকোক মুলহৌবা
ঈমাতোনমকপু উহন্দে
মরক মরক্তা পুথোকই
লোম্না লীক য়েংলম্মী
য়া লোম্না ঙাঙলম্মী।
ওন্না ওন্না য়াকাঙ্গদো
লৈথোঙ শুনা চঙইদো
সনানা থারম্বা লৈরাংশিং
মনা মশা তেকহন্দে
লৈরাং লৈথন শুখরে
অফবা মালী হাপখরে
ঈবেম্মনা লৈরম্বা
সঙ্গাই কা মচাদো
হান্নগী খুৎফম কাঙ্গহন্দে
পরেং পরেং থম্লিবা
মুন্না মুন্না য়েংলগা
মুংশা ফুঙ্গনা হোল্লিদো।
পাবুংনা ঐবু কৌরকং
"মঙদা থাদোই উরম্মী
করি পাউবু তাগবা'
অঙাওবগী চোইরোনগুম
মরোনলৌবা ৬মজদে।

*ঈচা থুনা কৌরনি
উচি কল্লক য়ুমথাবা
সনানা মোইরাং য়ৌরগা
সনানা থক য়ারোইদো
লোইগী চৈনা খাওলিদো
খল্লিবস্থু অসিনি ;
চীন্না সে পীখিবা
রাখল অসি মাওওইনা
অদূবু ইবুংঙো ওসিদি
নোংবান্দা খোন থাখরে
অশেংবা পাউ তান্নি
নিঙাঈদনা লৈবীযূ
অরোনবা কয়া তম্লনি।
থূমন অথোবা থম্বদো
মণ্ডল মণ্ডল খনখরে—

কুইন থাঙবা ওমদরে
অমুক পনবা ওম্লরোই।
অঙোমদদি চঙলোইদো
য়াদবগী দমক্তা
মাসিতনা মরুনি
নোংবানগী হৈরাঙ চাখিবা
করি উপায় তৌসিবা
তৌফম খঙদা লৈবনি
হৌজিক তৌখিবা বিচারদা
সনা পুক্লিং ফোঙখরে।
সনা পুক্লিং খঙলনি
ননাই লৈরি কাউবীন্থু
সেন্থ মরা তাবদা
হরাউ নুংশি য়াম্নখ্রে
মোংবদা মাঈ ওনখবে

সেন্নস্থূ কোন্থ চঙখবে

— — — — —

# ৫ বা পন্দুপ।

“থোইবীনা লোই কারকপা অঙোম নোংবান কোঙ্ময়াম্বা
লোই গুরুচরু থাখিবা রাখল 'সিনা মিপাইবা
অকনবগী মতৌরা ?”

নিংথম্বা কাম্বী লোইথরে বসন্ত ঋতু চঙলকলে
মরু কোকলমবা পামেলনা অনৌবা য়েম্নিঙ হুম্বরে ;
চীঙদা নৌয়ে তমদ শংলে মুংশিংনা লিরি থোঙদারে
লৌবুক লমহাঙ খুদিঙদা হানৌনা লেংলেঙ চংলক্লে
ঋতু নিংথৌনা ফাওরকপা নিঙথিবা ফীজোন হোংলকপা
তাইবঙ পুক্লিঙ নৌনরে লোক্তাক থোঙবান শংজরে।
ফজবা কৈদা পাগনি নিঙথিবা কৈদা থাগনি
কবি কল্পনা ওমজবা ঋতু নিংথৌনা খোঙদাবা
নুংশি শেংনবা কনানা খাইনা মৈনা চারুরি
খাম্বী মৈরক চঙবগুম লৈফম চা-ফম খঙদনা
ওন থোইনা খাঙনরি, মথংলেন কাঙ্গনবশিংনা
কয়াগী মতিক রাজবা নুংশি শেংন মীতনা
মৈচাক অদূ খঙনরি।

অনিগুবা নিংথৌগুম কেগে পুঙদা পাম্লিবা
মোইরাংদা মনিং ভৌজবা মনাউ ইবুংঙো যুবরাজ
মহৌশা ফজবা উরগা করিগী মাঙ্গথোং লাংলিবা
মুঙাইরবা মতমদা করি রাখল থন্দুনা
সনা পুক্লিঙ ওংলিবা, মোইরাং নিংথৌ মনাউনা
মচি খুদিঙ লেপ্তুনা অঙাওবা পাংথক ওইরিবা

মবুঙো মতৌ উবদা
মিৎতা পি কংনদ্রে
মাখোঙ্গী মথৈ লেপ্পরে
যুবরাজগী মতৌসে
সনানা কবো চংখিবা
মপাবুং থরাঙ্গ পুখিদো
যুবরাজ থম্মোই কংলেদো ;
থাবুম অহুম শুথরে
মহৈ মহৈ হরাউবে।
লৈতিং চপ মান্নবে
থোগল্লোন কাঙ্গবা কিরক্তে
সঙ্গাই মুংদা লাগুনরে
মুপী মথৈ হোরকপা
তালোঙ্গী মথৈ চঙদুনা
" সনখ্যা ইবুঙো তাবিয়ু
মোইরাং থরাঙ্গ শকচবী
ঈচাবু লোই থাবীবা
থরাঙ্গ মণি পীনরো--
ঈচাগী চেংলৌ উদরে
লোইগী মতম হৌথরে
*অসিমক্তদা··করিগী
পুনসী চুপ্পা থোইবীনা
অরাবা মাঙ্গয়োক্লহনবা
অদুনা,' শেংবা থোক্ল'দি
ইমোম লাক্তা চংখ্রগে
অরাবা শরুক য়াক্লগে

মমাই মশল পুন্নমক
মবুঙো কৌয়োঙ্গ ইনথরে।
মহৈ মহৈ থন্নরে
থোইবী লাঙ্গনানি শঙনরে;
থোইবীনা লোই কুমথিবা
মচা কাঙ্গনবা মৈচাক্লা
লোইগী মতম পানরে
মীপুম তিংনা লুপ্তাইরে
মমামথৈ তিন্নরে
মচাগী দমক রাবনা
হৌন হৌনদ য়েংলক্তে
ঈশিংগা থাউগা তিন্নরে
যুবরাজনা থিংঙমদ্রে।
মবুঙোদা থুক্কমলে
সনা বুদ্ধি ওইবীয়ু!
কেগেগী মনি ওইজবী
মতম কয়া রাংলিবা!
লোইদগী তন্না কৌবীরো
থাবুম অহুম শুথরে।
সনা পুক্লিংস্সু থুংবীবে
ওসিস্সু নমোম কৌদবা
শেন্বী পুঙদা লৈদুনা
'সিনা যুবরাজ পুক্লিঙলা?
তোল্লবী ননাই ঐখোঙ্গস্সু
ঈমা ইচা পুনখ্রগে
ঈচাগী রাবা কোকলুগে

ওখমখৈ হোৎনগে ।
মথাদা অম্মা পোম্মদবী
মীরৈপাক্কা থাবীবা
করম্বা থগাইনা খাণ্ডবীবা ?
ফম্মা হিরী কোন্দুনা
হাপকৎপিগে খনবীবা !
পাপী নোংবান মগুংলাং
শেগাদগী শণ্ডুনা
মীরৈপাক্কা থম্বীবা
মমা কনাগী পূকচেল্লা
নূঙদগী হেল্লা কল্লবা
য়োৎতগী হেল্লা কনবিয়ু
পুক্নিঙ লৈতানা ভাবিয়ু ;
অঙোম নোংবান কোবনা
নোংবান কোবা নিপাসে
যুবরাজ কা-দা রাজেদো
মশাগী ওইজবা থিদেদো
'মুক্তা মুল্লা খনবীয়ূ
রাজমনগী মহৈনা
মতিক মপা চামন্দে
থীকনেম্বনা থা লাম্বনি ।
মপু লুনা তৌজমন
তোপ্পা কৃপা তৌবীয়ু ;
ইমোম লাংলেন পীবিয়ু
নোংবান থণ্ডবী থোইবীনি
মপাগী য়াথং ভাক্লেদো

মথক্তা অম্মা শাংতবী
অমত্তা ভাঙ্গৈজবী ঈচাবু
মুজা নাইতোম তাহনবা
ননাই চানবা ইবুংঙো
অমূকস্থূ করম্বা অরাবা
উচি কল্লক য়ূমথাবা
লুনা থমজবী ঈচাবু
মমা মচা কাঙ্গৈহনবা
মুজা মথন থাদোকপা
করি হাঙৈনা থাঙগবা !
নিঙথিবা সনা পুক্নিঙদো
থোগল্লোন কাঙৈনা হঙ্গৎপা
করম্বা মগুণ লৈদূনা
থোইবীগী খুৎ লামগবা !
অঙোম নিংথৌ মচাসে
মবুঙো লুনা তৌজেদো
ননাই ঐখোঈস্মু থঙইদো ।
সনাবুদ্ধি তৌবীয়ু
নোংবাননা থোইবী ফংবদি
সমুদ্র লাংখোং মতৌনি
ননাই নোংবান রাজমন
অতোপ্পা লমদা চানবীয়ু
লমচৎ নাইদবা নিপাদা
অঙোম পামদবী ঈচানি
ইমোম লাংলেন থোইবীদি
লোইগী চৈনা থাঙলেদো

হাঙ্গৈরিমখৈ ইল্লেদো
লোই কারকপা মতমদা
শোঙ্গৈদনা নমোম মাঙগনি
থগাঙ্গ পামদবী নমোমনি
সনা বুদ্ধি তৌবীয়ু
লৈনা হন্না য়েংবীয়ু
কয়া রানা খাওজবা
রাহৈ মচেৎ ঙাওদবা!
সনা মাঙ্গথোং লাংদূনা
মন্ত্রীদা লৈবাক শিন্নবা
ময়াম্বুং রাবা খঙদবোহ্।
যুবরাজ মিংচৎ চাউগনি
সনা মিংলেন মুৎলরোই;
জীব পানবনা শোন্ননি—
মনাইগীদমক পোকপনি;
অঙোম নোংবান খুৎলাইনি
ননাই পুরিঙ থুংহল্লো
পুক্লৌ পারৌ শাউখিনি;
অ..নবা থৌদাং তৌবীরো।
মচা নিঙোল কা-দদি
মপাবুং য়াথং ঙাকচরে
মমাগী অমূক ঙাকসন্নু
তৌফম থোকপা ঈথৌনা
কনানা কবি হাঙ্গৈগনি
তাইবঙ পূম্বা খঙসন্নু
× × × ×

হৌজিক মথৌ কোকলেদো
অমূকস্মূ অংঙাম ·পাল্লদি
লিংজেন থাবী নচানি
থোইনা হেন্না খঙবীরি
মোইরাং থগাঙ্গ কনবীয়ু।
মোইরাং নিংথৌ মতৌসে
পোকচ নত্ত মরম্না
পূক্লুং রামৈ ওমদূনা
লৈবাক রায়েল থৌশাদা
নিংথৌ মনাউদি উদবোহ্
কেগে সনা পুঙসিদা
ঙুমিৎ থানা ঙাল্লিঙৈ
পুয়াদা লংনা লৈগনি
মনাই চানবা মপুনি
মোইরাং নিংথৌ মনাউদি
মনাই চানবা ইবুংঙো!
রারৌ চাউবা অঙোমনি
নচাগী কা-দা পাঙ্গনবা
ঐখোঙ্গস্মূ মমা ঙাক্তনি
মমাগীস্মূ মথৌ লৈ;
যুবরাজ থৌদাং লোইবীরে
নিঙোল মনিঙ তৌসন্নু
ইমোম লাংলেন কৌরনি
জগৎ পূম্বা য়েংসন্নু
ঈচানা পাম্বদা থাজনি।"
× × × ×

ঝাহৈ অসি তাবদা
মিংম্না ঈরা চেন্দুনা
ঝাহৈ মতেক ঙাওদূনা
"ওক্লে ওক্লে" হাঙ্গিরকই
হাঙ্গফম থোকপা ঝানিদো
নমোম শেংনা ঝাখলনা
অহুম্নদি ওইরগা
থৌদূ মুঙনা শাদেদো ;
ফিংচাবস্ থঙইদো ।
থম্মোইনুংদা চাকলিবা

মোইরাং নিংথৌ মনাউনা
অহিকপা খোম্তাও লোঙ্গননা
যুবরাজ য়াথং পীরকই –
"নথোঙ্গনা হাঙ্গিবা চুম্মিদো
নচা মুংশিবা মৈচাক্না
ঝানরবী ঙাকনিদো
যুবরাজ ঐগী থম্মোইস্
মচাগী মৈচাক হাঙ্গিবসে
ঐগী পুক্রিঙনা ঝারিবা
ইথস্তনা থঙজৈদো

থাংজীঙতনা উবীদো ।

নিংথৌ মচা তোল্লিদো
পীথোকখ্রবা য়াথংদো
ঈচানা নোংবান পামদেদো
অঙোমদা ঈ-চা থাজবা
থাংজীঙতগী খূর্জীন্না
মাহাক্তগী শরৌনা –
নোংবান কৌবা নিপাসে
ঐগী কা-দদি কাঙ্গদেদো
ঐবু নিঙজবা নোংবাননি
ঐগী ওইনা লৈজবা
মানা পাম্মি হাঙ্গিবদা
মানা থোইবী পামলেদো
যাথং মথৈ থাখ্রেদো
ঈপুক্তদি থঙইদো

হাঙ্গিখিবনা কল্লিদো
অমূক হনবা য়াদেদো ।
ঐস্ মুন্না থঙইদো
মতিক চাদে খল্লদো;
নোংবাননা ঈ-চা পাম্মিদো
ঈচানা থম্বা পাম্মিদো ।
লমচং নাইদে চুম্মিদো
মথরাঙ্গ মুংসিবা থাক্তেদো
ঐতবু থঙবা অঙোমনি
ইরল ইথুম মরক্তা
পাদনিঙাই লৈতেদো ।
মাই হাঙ্গিবা ঙমদ্রেদো
মাগী হৈজপোং চারেদো,
থম্মতগী থোইবীনি

খোইবীত্তগী খুমম্নি -
যুবরাজ ইথন নংখিদে
অওম অথৌ লোঙ্গননা
খুমনদা কাও ফাখিঙৈ
খম্বদা ঈ-চা থাজখি
অকনবা মনা শকুমা
কেগে রাবা কোকখিবা
পুরেনব মচা খম্বদা
মতিক চাবা খূদোলনা
খূমনবু ঈকাই খুমনবা
কাও অফামন মনাগুম
নোংবান মাস্থূ খঙইদো ;
খম্বনা কাও ফাদূনা
মম্নিং থিংনা উখরে
অদূমক্তদা নোংবান্না
হান্না হাঙ্গৈখিবদূনি
পীদনিঙাই লৈখিদে
নোংবানদা য়াথং থাবদি
খম্বদা থোইবী পীবদি
ঐতনা সে পীথোকপা
অমরোমদা হাঙ্গৈরগা
ঐতগী চীন চংলোইদো
থক কাঙ্গৈরোই নিঙদূনা
নিঙোল লক্তগী অথোইবী
ঐগী ঈ-চা ওইজবী
ঐনা নোংবানদা থাজখি ;

কাওফাঙৈদা পীখরে ;
য়াম্মুং মোইরাং নিংথৌনা
লৈবাক প্রজা মমাঙদা
মোইরাং থৱাই কনখিঙৈ
মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা
খম্বনা ঈ-চা ফংজখি।
নিংথৌ মতেং পাংখিবা
ইমোম লাংলেন থাজবা
অকনবা মাঙ্গৈয়োক য়াথিবা
ঐস্থূ হরাউন য়াখিদো।
খম্বদা ঈ-চা থাজবা
মাহাক্তগী থৌরাঙনা
ইমোম লাংলেন ফংখিদো;
মনামকনা তাখরে
ইরাংলেন পীয়ূ হাঙ্গৈররে।
মানা পাম্মি হাঙ্গৈরবা
চীন্দা লোজো পীখরে ;
যুবরাজ ইথন্তনিদো
লৈবাক নিংথৌ য়াওইদো
থোইবীনা থক য়ারোইদো
লৈবাক নিংথৌ লৈম্নিদো
অসি রাখল খন্দূনা
লৈবাক্কী মপোং ওইজবী
থাংজীঙতগী কূপানা
ইমোম লাংলেন সনাহল
লৈবাক্তা থীনা ঙাওনবা

নাকোঙ মেয়া খাঙইদো
ঈখূৎনা মৈহুম চূখিদো।
নখোঈমক্কা খঙদেদো
লৈরাং মথন শাংপীনি
মতিক মপা য়েংদবা
মমাঈ থাবা নোংবাননি
অমরোমদা হাঈরগা
মাগী হৈরাং চাখিবা
হৌজিকতি দায় ...শংখরে
থাবূম অহুম শুখবে
লৈবাক প্রজা খঙখরে
লোংদগী ঈ চা কৌরনি।
অঙোম নোংবান কৌহল্লু
হৈরাং লম্মন শেংদোক্কে,
মোইরা তাদবা তাহল্লু
ইরাংলেন লোই কারনি;
ঈ-চানা পাপ্পা রাংকনূ
ঈ-চাগী হৈকোন লূহল্লু
লৈরাং অমত্তং রাংপদা
রারৌ চাউবী ঈ-চানি।
রাবনা ফুম্বংনরমু
য়াম্বুং সনা পুক্কিঙদা
ঐনা ইরাংলেন মুংশিবা
থরাঈ শকপী ঈচানি
মাতনা ঐগী ইরজনি;
হাঈনি হাঈরোই খঙদবা
খঙজসমু তৌবনি;
ঈ-চাবু লোই থাখিবা
লম্মন শিংগে তৌবনি
নোংবান লম্মন তোন্দরে
ঈচা মশানা য়াদরে
ঐগী রাবা লৈতরে
নাইজহনবা লৈবরা
অরোইবা য়াথং তাসমু
লৈবাক পুঙজাউ থিললহল্লু
হয়েংগী কোরৌ মুমিত্তা
হৈরাং লৈরাং শেমহল্লু
লৈকোন নিঙথিবা হেলহল্লু
হৈরাং কেনবা উবদা
থৌশাদবোই খনগনি
নবেম্ম লাক্লে সেম্মুও!
শেম শাবা লোইজরো
নবেম্মা ওক্লবা তৌজরো।"

অম্মুন্না শীনবা লোইরগা
হরাউ তুজুং য়াম্ননা
মুঙাইবা পাউ তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মনাউনা
ময়াম্বুং নাক্তা চেনখরে
মচা উরনি খনবদা

নিংথৌ পুক্লিঙ হয়াউরে
মিংকী পীনা পাউদমলে
তয়াং তশোঙ্গৈ পূকচেন্না
'সিগা 'দূগা শীনথরে
পাত্র মন্ত্রী হয়াউয়ে
থম্মোইঙ্গুংগী 'ঙুঙাইবা
অঙাং নান্না মতোগুম
মফম থূদিঙ থুংথরে
নিংথৌ মতৌ উবদা
লাঙবগী লোইবা নাম্বদবে
মোইরাং য়ান্না লাউনরে।

নাইজহনবা চংথরে
ফিজেং ৎলৈতেং য়াওথরে
মনাই নোংবান কৌদূনা
" হয়েংগী কোরৌ স্থমিত্তা
কবো লোইদগী কারনি
বাজায় বেগুন খোংগনি
মাদূগী মতিক চানবা
সনাগী খৌগল থাথরে
নিঙথিবা দোলাই পুখরে
যুবরাজ য়াথং পীরকই
ইমোম লাংলেন সনাহল
শেন্বী পুঙদগী লাক্লনি
নিংথৌ মচাগুম লাক্কনি
নোংবান লোই ওকচরু
তালোঙ্গৈ শীওদা চনজরু।

অদূগা তয়ুম খণ্ডউদো
নাম্থোকখিবা থোক্লবা
ঐগী নাক্তা য়ৌরকপা
ঐগী ঈথৌ লোইরেদো
হৈয়াং লম্মন শকলেদো
অদূগী মতু্ তাবদি
লৈবাক নিংথৌনা কনথরে
থেমনা নৌনা হাঙ্গৈজরু
অকল অরিঙ শীঙক্কদে
করিগুম্বদা থোইবীনা
নখুংতগী চংখিবা
নোংবান দায় লৈত্রেদো
লোইবু ওকপা অসিনা
লৈবাং মথৌ কোকলেদো
যুবরাজ ঐ খণ্ডদবে
নো-বান নয়া লৌররোই ;
ঈ–চানা য়ানবা তৌজরু
নোংবান নম্নাঙ্গৈ চোপচনি।"
যুবরাজ য়াথ্ তাবদা

অঙোম নোংবান কোওয়াম্বা
মরৈ খৎপা থোক্তুরে
থোইবী লৌরে নিঙজরে
মবুঙো খোঙবী চুপচরে -
ননাই নোংবান মবুঙো
ননাইবু ওসি কুবীরে
নিঙজবা পুম্বা থুংজরে
থুয়া থাগী ননাইনি
"ওক্লে তয়ুম হনখরো
নঙগী থৌরাঙ লোইরুরো
মপু য়াথং মতুং ঈন
নুঙাইবা লুতোন কাখরে
আশা কয়া তৌখরে
ময়ুম মনাক য়োবদা
"তালোঈ খিবীক তাবরা
মীনাঈ ওইগে লৈজোদো
মপারি মপাউ তাবদ'
হরাউজবা লোইজরে
চেন্ন চোংনা শীনখরে
লাউনা খোংনা তাকখরে
অঙোম লাংবা উবদা
মাখোঈ মশেল তিন্নরে
নোংবান নাক্তা চৎখরে
"সৗজগী মনাই ওইনিঙদে
ওসি বিদায় শেংবীরো
মতুং অমূক কৌবীয়ু
মঙ তাইবঙ খঙদরে
শোঈবা লৈত্রে খনখরে
হরাউবা লুতোন কাখরে
ঐবু লোঈবা লৈমাবা
পোকচব মহৈ য়ানজরে
অমূক হন্না পোকপিরে
করিনা খুদোল কৎকনি
থবাঈ হকচাং কৎচরি !"
রাহৈ মখা তারম্ন
লোই ওক্নবা হোংনরো ।"
নোংবান ময়ুম হনখরে
ময়ুম য়োনবা পাইনিঙলে;
মঙলোন কয়া মঙখরে
থোঙান্দগী লাউরকই: -
নবেম্মা সৗজা লাকলেদো
নত্রগা নপাম য়োরোদো ।"
অঙোম নিংথৌ মপানা
নোংবান্দগী হেনখরে
শৌরানা দফা শাখরে
মীনাই ময়াম লাওনরে ।
তালোঈ ময়াম নোকখরে
লৌতুনবা লোইখরে
পুনসীগী বিদায় তৌখরে
ননাউ ঐখোঈ চৎচরে
হৌজ হৌজ পামজদে ;
সৗজগা নুঙাই পানবীয়ু

গুরুজন সেবা তৌবীয়ু
নোংবাননা খুম্বা নংত্রিবৈ
তালোঙ্গ মখৈ চংখরে
অঙোম লক্ষ্মী চেনখরে
নোংবান লনগৈ ফাক্তুনা
ময়োম ময়োম পুখিবা
তরঙদা তাউনা লৈহৌরে।
নোংবান আশা চাউজরে
মশা রাই চিনখরে
য়াইফবদা ওইসনু।"
সেগা মাইগা হাঙ্গিত্রিবৈ
ফেৎ হাইনা উখিদ্রে
তালোঙ্গ মখৈনা পুখরে
মাখোই মশেল য়েম্ববা
নো'বান উনা উখিদ্রে
মঙদা মঙবা মঙলোনগুম
লোইবা নাইদনা মুঙাইরে
অমূক করি হাঙ্গগনি
নোংবান গুম্মী হাইদূনি !

× × × ×

মুমিদাংরাই তানজাদা
থূমন য়ুম পাংখরে
লোইগী পাউ তমখবে
সীজ লোইদগী কারাণ
নাইজহনবা চংখরে
মফম অনিদা লাঙলিবা
অচানবী সেনু কৌবীনা
খম্বা নাক্তা চংখবে
"হয়েংগী ঈনুং ঙানবদা
কেগেদা সনা লাক্লনি
সনা কোন্নুং তম্পাক য়ুম
কেগে মরাঙ হৌরিবা
করিস্যূ খঙদরা ইবুঙো ?

কদাই থূমন য়ুমসিদি
নিঙথিবা করিস্যূ উজদে
খঙশিন্নদা য়ারোইদো
ঈবুঙোস্যূ হকমল্লি
মাঈ-থোং লৈদা লূক্তুনা
অয়ম্বা মানা তৌবগুম
সীজনা লোইদা লৈখিবা
অনৌবা করিস্যু হেল্লমদে
মনম্মা হাঙ্গিবা কৈদৌরি
তাশিন্নদা লাল্লিদো
লময়াঙ্গ তুবৎ চত্তুনা
খুৎ অনি পুন্দুনা
করি রাখল থল্লিবা
থোইবীনা কবো য়োৗখবা

মীথা পোম্না থাঙথিবা মীচেঙ চানা লেনথিবা
কযাগী মতিক রাজবা অরুম্বা থৌদাং পুথিবা
কনা মশুংলাংগীনো ?

থঙশিন্নদা শাদূনা নিঙাঈদনা লৈথোকপা
ননাইনা য়েংবা নুঙাইতে হৌজিকসু মতম হৌখিদ্রি ;
সনা কোন্নুংদা লাঙজবা কেগে মোইরাংনা চোংজবা
অরৈমখৈ হৌজবা মুন্না মুক্তা খনবীয়ু
কনানা নুঙাঈনবনো ?

সনানা লোইদগী হল্লকপা কোন্নুং চঙগনি খনবরা
তম্পাক য়ুমদনি নিঙবরা অঙোম য়ৌথিনি কিবরা
খুমন য়ুমদা থুংগনি পুরেনব শঙ্গাই থানগনি
চঙহনবীরোই মতৌরা ?

রারৈ চেনবী থোইবীনি মহাক থকীদমক্তা
ঈরূ ঈরাং কেমখিশ অসি রাখল তৌদূনা
গুইজ তানবা রাগলনা পুক্কিঙনা পাম্বা থাদূনা
লৌশিনবীরোই খনবরা ?

ইবুংঙো তোনন৷ রাবগা ঈবেম্মনা নিঙবগা
কনানা হেল্লি খনবীবা খুমননা হেল্লি অসিরা
নুজা ওইবী পুক্কিঙদি অশোনবী নিঙোল থম্মোইদি
মৈচাক থঙদে নিঙবরা ?

কল্লক মাঙদা চাংদাবা নোংবান শরৌ কিবনা

খম্বনা থোইবী থাদোকপা অসি হাঙ্গৈনা পাউথোকপা
কেগে শরা শনথিবা মোইরাং বা-ব্রা লাউথিবা
ঈকাঈদবা ইবুংঙো ?

থাংজীঙনা লৈপুন তমখিবা বানা চার শেমলকপা
কেদা শোঙ্গৈনি য়েংলকপা লুনা চান্না য়োকলকপা
খঙশিন্নদ শাদূনা থাঙউ থক্তা মাঙহনবা
লাইগী মীচৈ নংগেবা ?”

পোনজেম্বী মন্না তাবদা খম্বনা তপ্পা খুমলকই
“লাউথিগনু শকহেনবী ঐগী ঞাস্থ তাখিসি
ঐনা নিঙবা লানবরা অচানবী নঙস্থ মথলল্.
মোইরাংনা ব্রা-ব্রা নিন্নবা কেগেদা শবা শন্নবা
ঐতনা কবি তাদনি ইথস্তা কবি খঙদনি
ঐস্থ মোইবাং মচানি।

ঈপানা থোংলেন মন্ত্রীনি ঈ শাস্থ লোঈশঙ কাজরি
সনা থৌগল ফংজরি অকনবা মকোক ওইজরি
মী অতৈনা খঙনবা মোইরাং মখেন তানবা
ইথস্ত করি তা-দনি মী অতে মতোগুম
ঐস্থ নাকোঙ পানজরি।

ঈ-না পানবা মরম্না হৌজিক ঙ্কাওবা খম্বনা
নিঙাঈদনা লৈবনি তাশিন্নদ খাওবনি
সনাতগী আশানা মাহাক্তগী প্রেমতনা
ঙসি ঙ্কাওবা খম্বনা তাইবঙদা হিংবা ঙম্বনি

হয়েংগী কোরৌ মুমিত্তা    থাংজীওনা করি তম্লিবা
অপঙবা ঐনা খঙঙমদে।

সীজনা লোই কারকপা    লমথাঙদগী থৎখিবা
অঙোম য়ুমদা ঙানখিবা    নোংবাননা থোইবী ফংখিবা
অতোপ্পগী ওইখিবা    ঐগী থম্মোইনা খাঙঙমদে
অচানবী নঙদি খঙলিরোই।

মমলবা ঐগী থম্মোইদা    নোংদোন থক্কি থাজগুম
থোইবী থানা ঙানজবা    মাসিতনা হিংজবা
হয়েং ঈস্নুং ঙানবদা    সীজনা অঙোম চঙখিবা
নোংবান তালোঈ চনখিবা    হান্নদগী হেনগৎনা
নোংবাননা ফন্না পানখিবা    থম্মুনা করম খাঙগনি
মোইরাংদা করম হিংগনি ?

নোক্কা চাউবা মোইরাংনা    খুমন ঐবু উরগা -
থিকনেম্বনা থা লাম্বা    মতিক নঙবা থবক্কা
মঙন হাপলুবা নিপাদো    য়েংঙু অসে চংলিয়ে
অসি হাঈবা লোঈননা    ঐঙোন্দা খুং থিন্দুনা
খঙদবদা তাক্কনি    উদবদা উৎকনি
অচানবী করম খাঙগনি ?
খনবীয়ুদো শকহেনবী    থোইবী মনাই অচানবী!
করম্বা মাঈ পুদূনা    ঐনা কেগেদা হিংগনি
য়ুম কৈ-দি শেমজরু    থোরাঙ পূম্বদি লোইজরু
নবেম্মনদি লাকপীদা    অঙোম য়ুমদা লেংশিনখি
মীনা করি হাঈগনি ?

নমাঙদা লেপ্লিবা খম্বনা মাগী থম্মোই মমুংদা
অহিং মুংথিল অনিদা মিকুপ নাহুম খুদিঙদা
করম্বা মৈশা লাংলিবা কয়া রানা খাঙলিবা
কেগে কনানা খঙগনি ?

থূমন য়ুম্নদি লাঙ্গৈরেদো নিংথৌ ফাওনা খঙইদো
মোইরাং লোইনা উরিদো ঐনা করি শেমগনি
নিংথৌ মচা ওক্লবা থোইবীগা মপা চানবা
থৌরাঙবা ঐগী ঈতীকলা ?"

খম্বা মরা তাবদা সেন্নু হৌনা নোক্লকই
"অস্থক কুইনা তিন্নবা সনাগী পূকচেল খঙদবা
অঙকপনি ইবুংঙো ! অতুগীদমক নুংনাঙবা
তূমিন লৈবীয়ু মী-তানি কেগে খঙদবা খঙখান
য়েক্লবা লৌশিং ওইখিনি মীনা রারীনখিনি ;
থোইবীনা লোই কারকপা অঙোম নোংবান কোঙয়াম্বা
লোই ওকচরু থাখিবা রাখল 'সিনা মিপাইবা
অকনবগী মতৌরা ?

পাঙ্গল শোনবী সীজনা করি তৌরবা য়েংবীয়ূ
ননাহনা মুন্না খঙইদো করিমুংদস্থূ থোইবানা
অঙোম নাক নকলোইদো সনাগী তুবূম তেকলোইদো
মপাবুং সনা পুক্রিঙস্থূ অঙোমদা চঙলোঈ খংইদো
অদূনা সঙ্গাই শেমলিদো।

নোংবানদা য়াথং থাখিবা সীজবু লোই ওকহনবা

ঐস্সূ লোম্না তাহৌই
থেম্না নৌনা হাঙ্গৈজরু
অকল অরীঙ শীঙকদে
অতুগা 'সিমস্সূ হাঙ্গৈখিদো
করিগুম্বা থোইবীনা
নাম্ভোকখিবা থোক্লবা
পাবুং মথৌ লোইখরে
পামদবা নোংবান কৌবনা
সনানা খক ভারোইদো
করিগুম্বদা নোংবাননা
মাদূগী মতিক থোকপদি
পাবুংনা শরৌ শীনখিদো
অকল অথৌ মক্তনা
যুবরাজ মনাই মক্তনি
মরম অসি লৈবনা
সুঙাইনদুম লৈবীয়ু
কবো লোইদা লৈরুবা
মীচেঙ চানা পাল্লুবা

শিং শিংনা খঙহৌই
ঈচানা য়ানবা তৌজরু
নোংবান নমাঙ্গৈ চোপচনি
সীজনা লোই কারকপা
নোংবান মখুবাক্তগী
নোংবান দায় লৈতরে
মতুং মরা লৌররোই
থেম্না নৌনা হাঙ্গৈজবা
মীৎচিনস্সূ য়েংলোইদো
অকল অরীঙ শীঙলকপা
নাইজহনবা য়াওরিদো
তম্বা নিপা কুম্হানা
সীজগী থৌগল লাক্কনি
নোংবান মতিক কেমগনি
হঙ্গৎপনি ননাইনা
সনা শোঙ্গৈদনা লাক্কনি।
শেম্বী পুঙদা খাঙলুবা
করি মথেম্না ওক্কনি

করি করম নৌগনি ?

সীজ মথন চারোইদো
কবো খরস্সূ য়াওনিদো
খাঙজেৎ মচি লাংশিল্লো

লোইন থৌইন য়াম্মিদো
মনম্মা ইবেম্মা লেঙখৎলো
মথেন লূকোঙ্গৈ পৈশিল্লো

অরাৎ অপা য়েংশিল্লো।"

সেন্নু মরা তাবদা
খয়ুনা মৌপুরা য়েংলকই
খম্বা মপাল থোকখরে

হরাউ তুজুং য়াম্মনা
মচেগী মিৎয়েং উবদা
সেন্নু খম্বু য়েংনরে

মিংতা ইঙ্গিৎ তৌনখ্রে। মবাই ফৈরোঙ্গ উনরে
থবক্কী লম শীম্নরে লোম্না খৌরাঙ লোইখরে
থোক্লবা ঙাইনা লৈখরে

— ৭ঃ(০)ঃ৭ — —

কবো লোই

## ঙশুবা পান্দুপ।

"থম্মোইদা থম্মোই হাপত্রিবৈ পূক্লিঙদা পূক্লিঙ তিম্লিবৈ
অকনবা শেগা চঙত্রিবৈ নিঙোল ইপূক্লিঙ থুংদ্রিবৈ
করি করম থোক্কবা
করি লাংদা থুগবা।"

মপুগী য়াথং পুদূনা হৈনিঙবা কোঙ্গাঙ্গ পোক্ত্না
নাইজহনবা মপুনা নিপা কুম্থ্া লোঙ্গননা
কবো কোম্লুং চঙখরে। তূমু নিংথৌ উম্নরে
চিঠি মরোল খঙনরে সনা তম্না তাজরে
সুঙাইবা ঈম্নাং হৌজরে। সতি মগুণ ঙকঙ্গদো
কবো মীপুম থম্মোইদা মোইরাং থোইবী চুখিদো
মাবু কাঙ্গনা রাখন্দা মীপুম তিংনা ঘাখিদো।
কবো নিংথৌ নুংনাঙলে সনা মাইথোং মকথরে
অথাবা শোর হোনখরে মিংস্না ঈরা চেনখরে।
থোইবীনা লোই কাখিবা মচা নিঙোল থাজগুম
পোংকী মথেন তমখরে মীনাই মীশন থাখরে;
অন্ন অহেন থাক্তরে 'সিনা ফজ্জৈ খনখরে

'সিগা-দুগা শীনখরে ;
থোইবী নাক্তা চঙখরে
মোইরাংদগী পীরকপা
সনাবু 'মত্তা শেংহনদে।
মাঙদা ফম্না য়েংখরে
অদু তৌনু তাকখরে।
নোংজু থাগী ঈফুংকুম
তাকনা তাকনা কপখরে।
মতিক চা-দে খনগনু
লৈতনা অরৈ শাবনি
নপাগী য়্রাবা কোকহললু"
হিক হিক লাউনা কপখরে।
অউমথৈ কপ্পরে ;
মুক্তা মতুম কেনবগুম
থম্বাল লৈকা ঙমজবী
পিগী মতুম শিম্থখি।
গাঙউ থক্কী মরূপলোই
নোং খোংবগুম কপ্পখি।
লৈজবা খূদোল মথৈনা
" ইতারোঈ ম্নংশিবী।
পুক্লিঙ কয়া থুংখিদে
য়ারৌবিনূকো নিঙথিবী
কেগে পুঙদা পানবীরু
খম্বা নাক্তা য়ৌসনু
× × × ×
" রুবো নিংথৌ মমোমলোই

ফিজেং লৈতেং পুন্দুনা
যুবরাজনা থারকপা
শেংন ইম্ম মথৈদো
সনানা ফিজেং লৈতেংবা
মপূক্লিংনা পামদবা
মিংতগী পি কংদরে
লোইবা নাইদা শিম্থখ্রে
" য়্রারোগনু সনাহল।
পীনিঙদুনা তৌবনি
নপাউ তোঈনা তাহললু
অসি হাঈবা লোঈননা
নিংথৌ মতৌ উবদা
পারেংদগী তম্ভুনা
মোইরাং থোইবী ইবেম্মা
নিঙথিজবী মিম্নাদা
শঙত্রিক চংনিং মতারোই
অরোইবা বিদায় তৌনখি
নিঙথিবা পোৎ কয়ানা
মতাগীনি তমজখি—
নোংমা নিনি লৈরম্বা
মুঙাইবা শরূক ফংখিদে
পূকলৌ পারৌ শাউবীম্নু;
মুংশি সেবা তৌবীরু
থূমন কা-দা থুংসনু।"
× × × ×
মোইরাং থোইবী ইতারোই

পন্থো রারক মতুংইন
নত্তা এৈনা ওংলম্বা
হাঙনি হাঙরোই খঙদনা
নত্তা ইরাল ঙাকপীয়ু
পাউ তোঙনা পীনসি
মতৌ অস্থুম তৌদূনা
মিংলু ঈরা লোঙননা
চাউরবা কবো কোম্নুংদো
লোইব নাইদ নিনখরে,
থোইবী মশক য়েংহৌসি
লৈজবা খূদোন পুদূনা
তূমু নিংথৌ সঙ্গাইদো
মীনা থূরক হাঙদরে
পোৎতনা চীঙদূম ফাখরে।
কেগে থোইবী শকহেনবী
খাইনা রাহৈ হাঙদূনা
খ্বাঙগী মমৈ তাবদা
চীক্লা লেমনা চঙলকই
মিম্না ঈরা চেন্দুনা
"তাবীয়ু ঈপা ইবুংঙো!
ঈপানা লুনা তৌবীবা
চেৎনা চান্না থম্বীবা
পুনশি চুপ্পা লৈগনি
অহিকপা থোঙ্খেল লোঙননা
কবো নিংথৌ খুরুমজে
থোইবী মতৌ উবদা

এৈনা লোইদা লৈবকাল
ইত্তা কা-দা নৈরম্বা
রাহৈ কয়া হাঙখিবা
মরূপ শীঙদা চনবীয়ু
পুরিঙ রাবা কোক্লসি।"
মীপুম নাক্তা চত্তুনা
খাইনা রহৈ হাঙজখি!
তূমু মীয়াম মক্তনা
ঙসি অরোইবা মুমিত্তা
অস্থুম্না লৈকাই হৌদূনা
কোম্নুং তম্না কারকই।
মম্নুং মপান অনিদা
চঙবা লোইবা নাইদরে
মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই
তাম্না মানবী থোঙ্খেলনা
মীপুম তিংনা পেলহনখি।
তূমু নিংথৌ মনাক্তা
খূকউ লৈদা কন্দুনা
নূরা মপাউ মেল্লকই
নমোম চংচকহিংগে
পোক্তবনি খঙহন্দা
শুজা থম্মোইদা য়েক্কনি
নচাগী মঙ্গল পীবিয়ু।"
রাহৈ অসি হাঙদূনা
অউবনা থাগৎনৈ
খুংনা মাঙথোং খুমদূনা

" মোইরাং মণি সনাহল।
ঈ-চাগী নিঙবা থুংগনি
ঈশানা কবোদা লৈগনি
নঙবু কাঈনা রাখন্দো
ঈ-চামকনি নিঙদূনা
হৈহন শিংহন্নিঙদূনা
খোঈজি কিসি কিগন্
নপাম লমদম য়োরগা
মুঙাইবা পাউ তাহলল্
অসিগী মতুং তাবদা
শঙদ্রিক চংনিং য়েংদূনা
" ইতা ইবেম্মা মুংশিবী।
লৎনবিন্ শকহেনবী।"
মপাবুং যুবরাজনা
সনানা হান্না শিরম্বা
নিঙথিবা অমা খন্দুনা
নোংথাঙ অনি চিংনগুম
চেৎনা চান্না কোম্নরে
কাঈনা মিংযেং য়েংনরে।
অরা মুঙাই য়াল্লবী
হিগ্নফমদা চঙগরে
কম্থোক খোত্তোক শেমজিল্লে
মাঙদা তরক তারিবা
থবাঈ পান্দ মরম্না
অতুম্নদি ওইরগা
থাদোক্লম্রগনি রাখন্দা
কেগে পুঙদা ঙাল্লুরো
গৌতুমনিনা কুবীনি।
থরাঈদি নতু ইনগনি
ঈ-পাদি করম খাঙগনি।
শঙদ্রিক চংনিং নতাগা
বারক রাতেম ঙাচখিবা
পূক্লৌ পারৌ শাউগন্।
তেক্তা কাঈদা থুংলগা
পুক্নিঙ রাবা কোকহলল্।"
মতা নাক্তা চঙলকই
থোইবী মপাউ মেল্লকই
মতিক চাদে খনবীন্
অসি হাঈবা লোঈননা
কেগেদগী থারকপা
লীকথাঙ পরেং লক্তগী
চংনিংঙক্তা হুকংরে।
নিঙথিবী মুজা অনিদো
মিংলু পি লোঈননা
কপ্পনা মিংস্না পোমলবী
নিঙথিজনা থোইবীদো
ঙাইহাক চিংনা য়েংজরে
তরু তহেন লোইশিল্লে
লোন থোক্তবী ফম্মুংদো
খাইনা রাহৈ হাঈরক্তে
মাগী মতৌ উবদা
নিঙোল পুক্নিঙ রাজখি

অশাংবা শোর হোঞ্জখি।
মুংশি কাদগী শেংলমদ্রাই
মুংশি খুদোল শকলকপা
চৈশুবু লুনা থমজরি,
চিংনা চিংনা য়েংলকই
"শাবী ইবুংঙো মুংশিবা
ননাউ লাইবক চাউবীনা
মুংশি লমদম পাংজবা
মুজা ঈতেং পাংবীয়ু;
থম্মোয় মুংদা লাংচবা
শেন্বী পুঙদা লৈদুনা
মুংশি শেংনা মৈরানা
নিঙোল কাদা য়েংলবা
পন শানা লেপলবা
পুক্লিঙ শেপত্রিবী মুজানি
নিঙোল পাঙ্গল শোনবীনি
মুংশি নপাল পীবিয়ু।
মীরোল তাউঙৈ লোঙ্গনবী
সাগৈ।ঈ মাঈয়োক্লখিবী
নিঙোল ঈতেং পাংখিবী
মুজা থম্মোইদা লোক্তুনা
অসি হাঈবা লোঈননা
অমুক চৈ-শু য়েংলকই
থাজমানবী মাঈথোংনা
ফীজিনা ঈরা মুত্তুনা
শরৎ থাবু ঙমজবী

কবো লোইদা চৎলমদাই
কোঙয়াং চৈ-শু মতেকনা
ঙসি ফাওবদা থোইবীনা
থুত্তা চৈ শু পাঈদুনা
মিংস্না তরং ঈহৌই
ঈমান মচা পাম্মুবা!
ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
পাম্মু নকা তমজবা
নঙবু ঐনা নিঙজবা
মুজা লাইবক চাউবীনা
অরা মেপা লাংলবা
শৌ চাকথেকপা ঙমজগে
মুংশি কাদা য়োঁবদা
য়ৈথৎপা ঈতেং পাংবীয়ু
মকচাদ্রিবী ননাইনি
ঙসি পাঙ্গল হাপ্পীয়ু
× × × ×
পাম্মু থরাঈ কনখিবী
য়েক্লা মাঈয়োক কিদবী
সতি ধর্ম্ম ঙাকখিবী
ঙসিসু ঈতেং পাংবীয়ু
থম্মোইদা থাঙ লোৎখরে।
থম্মোইদা চেংনা কোনশিঞ্জে
পৃথি লৈথক য়েংদুনা
হৃপনফমদগী থোরকই।
নিঙথিজবী থোইবীনা

থাজ মাঙ্গথোং লৈদুনা
মাঙ্গকৈ শীম্না য়েংলকই।
পুঙ-শেল হৌনা খোংলকলে
অমনা অমা তানত্রে
থোইবী দোলাই কাখৎলে
মাঙ তুংদা চপ্তুনা
কবো মীনাই মখৈনা
মবেম্মা থৌগল তৌখরে।
বাজায় খোংবা কাঙবুনা
পরেং নাইনা চৎখরে।
তুমু নিংথৌ লোঙ্গননা
মিৎলু ঈরা চেন্দুনা
উরিমখৈ য়েংহৌই
কাঙ্গনা মৈখু লাংহৌই;
তুমু কোন্নুং হাঙখরে—
নাইজহনবা মপুনা
সীজ মপাউ ঙাইরিদো
তত্তনা পাউখুম পীরিদো।
শেম্বী মীয়াম হৈহৌই
সীজনা মাঙদা চঙশিল্লি।
বসন্তগী মতমদা
নিঙথিবা মপাল শারিদো
ওই য়েং মাঙ্গকৈ পুম্বদা
বাসন্তী কৌবী লৈরাংনা
লৈরাং চরোং কৎলিদো;
মশা পুম্বা য়েত্তুনা

কবো মীয়াম তমদুনা
কবোনা জয় লাওরকলে
মিৎনা কুপ্পদা লাঙখরে
ঙাইহাক পুমনিন নিনখরে
খুৎলাই পাঙ্গবা লম্মীনা
সনানা ময়াঙ্গ চৎখরে
খুদোল পোৎয়াম পুদুনা
খ্বাঙ্গগী মাঙ থাদুনা
নিঙথিবা তান লোঙ্গননা
শঙত্রিক চংনিং কৌবীনা
থোঙ য়ৌনা থিন্দোকই
মতা য়েংনা লৈহৌই
নুংশা ফুঙ্গনা হোলহৌই
মিৎনা কুপ্পা মনুংদা
উন রাইমুক চীকখরে।
দোলাই নাক্তা চৎতুনা
হংলকপা রাহং খুদিঙদা
কবো খুনজীন তুংওইনৈ
লেপ্পা চিংনা য়েংহৌই
× × ×
পামেল পুম্বা নৌরিদো
অনৌবা য়েন্নিঙ হুল্লিদো
ঙম্না ঈশং শংলিদো।
মবুঙো লাকপা উবদা
পামেল উশা তাংদুনা
তনৌ তনৌ শাৎলিদো

খোইমু শয়োম পাইরিদো ; মুংশিংনা লিরি হুম্বদা
লৈরাং নোমনোম তৌজৈদো নোকমি নোকমি ওইনৈদো
মিংন্না উইরুম খাওইদো ।
লৈনুংশি মতৌ উবদা লৈহি পাম্বা খোইমুদো
শাগল চোক্লা পাইরিদো লেমনা হুনবা হৈতেদো
মথংলেন লৈরাং নাপদা নুংশি মপাউ মেল্লিদো
থেমনা নৌনা হাঙৈজেদো ঙংবগী তোকপা লৈতেদো
হাইনা হুমনা খাঙজবা কোঙৈতান তান্না হাঙৈজেদো
লৈরাং ব্লাই চিল্লিদো মুজা মখোঙৈ থিংলিদো
খদাও চীকনা শাউরিদো ।
ব্লাজমনবা উবদা ঈকাহৃ খঙদ মতৌদা
ব্লাহৃ চিল্লে মওঙগুম কান্নররোই মতৌগুম
লৈরাং কুয়োম হাংদোকলে থম্মোই আসন থাজরে
লৈহী চোন্না উংচরে
খোইমু নিঙবা থুংজরে ব্লাবা মহৈ য়ানজরে
লৈনুংদা মণি ফংবগুম হরাউবা মথোই কাজরে
ঙাইহাক্কী জ্ঞান মাঙখরে তাইবঙ মালং কাউখরে
পেন্না লৈহী চুপচরে ।
পেনজরবী লৈরাংসূ মমিং উইরুম থাঙজরে
মথংলেন কাঙৈদোংপীজবা কয়া ব্লানা মুঙাইবা
ঈকাই হঙ্গোই য়ান্ননা খোইরুম মোমোন তৌজরে
তনিক তনিক থাঙজরে ।
লৈরাং খোইমু উবদা ঈকাইনদবা মতৌদা
পোমশাংনবী লৈরা‌ংনা উনারক্কা তুমিন্না
মূনা মূনা য়েংলকই মিংচিনা নোকমি তৌরকই
মথন্তু কূম্মৈ ওইজখি ।

কল্লক চাউবা মালংস্থ — লৈরাং খোইমু উবদা
লেম্না পানবা মতৌদা — মখোঙ্গী থিংনা শাউরকই
লৈনা কম্না হুমলকই — নোংলৈ নুংশিং শউমদা
খোইমু তম্না পাইখোকই — কোঙ্গনা কোঙ্গনা খাঙলকই
ভুঙ ভুঙ ঙংনা শাউরকই।

পোমশাংনবী লৈরাংদো — নুঙাইবা কুম্মৈ উবদা
নোক্লা চিংনা য়েংলম্মী — খুনিঙ কাওনা লেপলম্মী
খোইমুনা শাউবা মতৌদা — উনারক্তা লৈশিনখি
উশিন্নদ লোংচখি।

খোইমু লাবা খাঙজেংবা — য়েক্ল মাঙ্গয়োক কিগনবা
নুংশিং ইপোম ফংবদা — শফু কম্না কাওরম্বা
পাঙ্গন শোনবী লৈরাংনা — খাঙগাও পুবা চমদরে
নোম--নোম তৌনা খাঙজরে।

খোইমুও ! লৈপাম্বা — শমাঙ্গী লৈ--না পাইবদি
কল্লক মাঙ্গয়োক কিববা — লৈহী চেন্দে তৌবরা
থম্মোইদা লৈহী পৈজবা — অবৈ মখৈ কখোকপা
মত্রা খাক্ত চুপখিবা — লৈহী চেন্দ্রে খন্দুনা।
খোইমু কাঙ্গদোং হা গরা ?

নতাং চাউবা খোইমুনি — নশাগীদা থনবনি
খোইমু মোইথেম তারুবা — নশক খঙদ থাজবা
অরৈমখৈ উৎলুবা — অপঙবীগী মতৌনি
নৌনা কেম্মু তমখ্রবোই।

কালেন হুংশা অকনবা — কোরৌ মঙান লাংবদা
লৈরাং লৈকা কেম্মনি — কল্লক মাঙ চাং তারনি
লোইবী লোকমুং মালংবা — খোঙদোঙ্গী তোঙ্গবা খোঙয়াম্বা
হেম্না শফু কনগনি — পাঙ্গল শোনবী লৈরাংনি

কয়া কুইনা খাঙগনি লৈরাং লৈকা কেনগনি
মালেম থক্তা চাঙ্গৈথনি।
য়েলহৌ ফবী ঐহাকনি তুংগী পোলোই তাবদি
কাঙ্গনা মৈথু লাংদূনা কল্লক মৈনা চাকতূনা
পুনসী লোম্মু তমখিবোই লৈরাং ঈনাক নকপীনূ
লমদম তাম্না পাইবীখো অনৌবা কাঙ্গদোং থিবীখো
অরাপ্পা লমদম খিবীকস্থূ অনৌবা লৈরাং শাংপনি
নুজা মাঙদগী লাপথরো নিঙোল মৈচাক হেল্লকই
খোইমু নশক য়েংনিঙদে।
লৈরাংগী মীচৈ তাবদা ঈকাই খঙদ খোইমুদো
তাশিন্নদ শাদূনা শোন্না ঙংনা পাইথরে
থম্বাল মাঈকৈ পাংখরে থাজদবী লৈরাংদো
খোইমু মশক উথিদ্রে অরাবা শোর হোনখরে
নিঙঙমদবনা ব্রাথরে।
খোইমু লম্বী য়েংলম্বী লাইজ থক্তা থম্বান্না
মথংলেন লাকপা উবদা তরাম তরাম ওকচখি
থেকনা জগোই শাজখি মচৈ য়াল্লে নিঙজখি
ঐনা হেল্লে খঙ্গখি।
থম্বালনা মপান ফবদো লেন্না পানবা মতৌদো
য়েংজনিঙদে মতাগুম উজনিঙদে মওঙগুম
নাক্তা শাংপী থরোনা মামং উইশিন খাঙখরে
ইপোম লক্তা লোংখরে।
ফজবা কৈদা পাগনি নিঙথিবা করি হাঙ্গগনি
নাক য়েংকী ফজবা তামনা উবা নিঙথিবা
থোইবী পুক্নিঙ নৌহল্লি অনৌবা ঈথক কাহল্লি
মপুদা লমদম হংলকই মপুনা 'সানি তাকলকই।

অশোমদদি কম্দৌরি
অঙোম নোংবান কোঙয়াম্বা
শগোল কান্নু তোংদূনা
কেগে কূম্মৈ ওইনখি
ঈরাং পাম্ব নোংবাননি
লাঙবা লোইবা নাইদরে
মপানা য়ুম্মদা লাঙহৌই
ঙরাংদগী লাঙজখি
নোংবাননা লম্বী চৎপকাল
ঈশৈ কয়া ঙংলকই
শৌরানা পৌগল তৌবকই
করিগুম্বা মতমদা
শৌরানা মুন্না খঙইদো
অওইবা ৱাবু শীজিন্না
মনাই শৌরানা লঙনবা
শৌরা ফাগিনি খল্লিদো
মাগী ৱাগ কাঈদেদো।
তেরা মখোঙ য়োরকলে
শগোল থক্তগী কূমথরে।
মাঙদ মিংশেল থাখরে
অথুম অহাউ ৱাত্তরে।
মাঙজোননা খঙনবা
মাঙদা তন্না থাখরে।
করি ৱারী শাগবা
নোংবান কোক হোৎখরে
মেন তাবা ঙমখিদে।

মোইরাং পাউদি খঙনজ্রি
মনাই মশল লোঈননা
কুম্বী তান্না চৎখখি।
অউমখৈ য়েংনখি
মশান ঈথক হৌবনি
থৌরাঙ ৱাৎপা লৈতরে।
মপা মপু কীর্ত্তনগুম
লোইব নাইদ শীঞ্জখি।
ৱাগ কয়া শারকই
অউবনা কূম্মৈ ওই
কুম্বী তান্না কূমলকই।
নোংবাননা থোইবী ফংলোইদো
অহাঙবা তানজা য়েংদূনা
মবুংঙো নোংবান লঙনৈদো
নোংবান থোইনা তাদেদো
পানা চথোম চাউইদো
পন্দনা অস্মুম লাকপনা
হান্নবা থৌরাঙ লোইরমলে
অঙৌবা পে খানগৎলে
হৈরাং লৈরাং পৈখরে
সনাগী পাউ তম্নবা
শগোল তোংবা দূত অমা
হোরেল সনা লাক্লগা
করম্বা খূদোল কৎসিবা
খল্ল খল্ল ঙাওখরে
ওইন চাউবী থোইবীনি

করিবু তৌ হাঙ্গৈগবা
ঈগুণ খঙবী সনানি
হাঙ্গৈরিমথৈ ইনগনি।
মংলোন কয়া মঙদূনা
সীজবু ঙাইনা লৈখবে।
লাক্তদূনা তোকলত্রা
অরেম্বদা তোক্কত্রা।
লাঙতক্লবা হেনথরে
সীজগী লম্বী য়েংলকলে
থৌগল্লিবা মনাইশিং
চীন্দা ফিনা কূপতুনা
শগোল তোংবা দূত অদো
সীজগী পাউ তম্লরে
মিচুন পীঙ পীঙ চোংখবে
পাউদম্লবা নপাদো
য়েংবদা ঙকলী নাথরে
মমিৎ কূপ্পা শংখিদ্রে
× × × ×
মগু মপু অনিস্থু
অম্লুম অম্লুম চঙলকলি
শুমিৎনা চীঙয়া থাংলকলে
মালংনা লিরি ছুমলকলে
হানৌনা লেংলেঙ চৎলকলে,
সীজনা লোইরোঙ্গ কাবকলে
উরিমথৈ নৌরকলে
লৈনা লৈনা য়েংলকলে

ঐনা ঙমদবা করি লৈ
মানা পাম্বত তৌগনি
অসি রাখল তৌদূনা
ভাবনা দালান শাথবে
য়ৌরকপা কৌবা লৈখিদ্রে
অম্লুক রানা লাঙজবা
নোংবান ঙাইহুমখিদরে
হোগৎ ফমথ তৌরকলে
নোংবান মতৌ উবদা
অমনা 'মদা য়েংলকই
তূমিন তূমিন নোক্লবশি
তফি তফিং চঙলকলে
নকশিল্লকলে তাক্লরে।
হরাউনা ল্যাভান কাখবে
পানা খাপ লানখরে।
উচেক পাহবা য়াখিদ্রে
শাবোক কূম্মে ঙাইরে।
× × × ×
রারী শানা লাকপনা
মাঙগী লম্বী তেল্লকলি।
তময়া কোরী চেল্লকলে
নাক য়েংকী লোবুক্তা
লোইন থমইন লোঙ্গৈননা
মপাম লমদম নক্লকলে
নিংঙোল পুক্লিঙ পেনজরে
হৌখিবা কয়া নিংশিংলে।

থম্মোইদা খম্বা য়েকখরে
নোংয়াঙ্গনা লাইনিঙ ওইগরে
"খম্বা নাক্তা য়ৌব কাল
লৈবাক্তা করি হাঙ্গগবা
মপু হঞ্জবা তাম্নরে
থাংজীওনা পীবা তানজানি
মপাবূং যুবরাজ য়াথ দি
মপুঙফানা ঙাক্লুরে।
পম্থো য়াথং ইল্লুরে।
নুংশি কা-দা থুংগনি
অক্লম্ব কোকথোং পুক্লরে,
হাঙ্গরিমখৈ ইল্লুরে
নিংথৌ সনা পুক্লিঙদি
নিংথৌদি খম্ব পাম্মিদো
লৈবাক হাঙ্গবনা কনানো
পূম্নমক নিংথৌ মশানি
প্রজা ইঙ্গিৎ য়েংদূনা
অঙম অথৌ মরানা
লৈবাক্লা য়াবা থোকলেদো
শেম্বী পুঙদা ৈনদূনা
নিঙোল থোদা লোইবেদো।
লাইবক চাউবী নুজানি
ঙাইহাক্তুংগী মনুংদা
করম্বা লোদা থুগবা।
পুক্লিঙদা পুক্লিঙ তিন্দ্রিবৈ
করি করম থোক্কবা!

খূমন্তবু খনখরে
মাঙ্গথোং মকারামজরে
খূমন য়ুমদ চঙব কাল
পম্থৌনা করি খনগবা।"
পুক্লিঙ থুপ্তা খম্নরে
খমনদা চঙবা লেম্নরে।
করো লোইদা লৈদূনা
অবা কোঙ্গাঙ্গ খাঙলুবে
পাম্মু নাক্তা য়ৌগনি
রাথল সিত মাঙওইনা
লোইগী রাবা লেল্লুরে
পম্থৌ বিদায় শেংলুরে।
নৌনা অমূক খল্লরোই
কাও ফাওঁদা পীখ্রেদো!
প্রজা কৌবনা করিনো
অঙম অথৌম্থু মাহাকনি।
লৈবাক্কী মত লৌদূনা
খুমনদা থোইবী থাজখি,
নিংথৌ য়াথং থাব্রেদো
যুবরাজ য়াথং ঙাক্লেদো
অহুম ফনা ওইনম্থু
রাথোক চাউবী থোইবীনি
করি শরৌদা তাগবা
থম্মোইদা থম্মোই হাপত্রিবৈ
অকনবা শেগা চঙত্রিবৈ
"ইবুধৌ থাংজীঙ কুবীয়ু

ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
অপাম নাক্তা থাবীয়ূ
নগুনা মোইরাং য়ৌবকাল
খম্বা নাক্তা লৈবকাল
কীরান মখল য়ুংজগে
থাংজীঙ কৃপা তৌবীয়ূ।"
পিগী মরীক লোঙ্গননা
থাংজীঙ চীঙদোন য়েংদূনা
পন্দনা অম্মুম লাকপনা
বাজা খোংবা কাঙবুনা
মুঙাইবা পাউ তমথবে।
মুংশিবা মখোল তাথরে
থাপনা খোম্বাঙ য়ৈথরে

নিঙোল লাইবক চাউবীবু
মুংশি কা-দা থুংহল্লু।
খুমন য়ূম চঙবকাল
শেকপীন মথোন কচ্চগে
হৈরাং লৈরাং রাংচরোই
থাজমানবী মাঈথোংদা
খুবাম চাংজৌ লোন্দুনা
মাঈথোং লূকনা খুরুমজে।
তেরা মখোঙ নক্লকলে
মবেম্মা লাক্লে তাকখরে
পুঙশেল হৌনা থিল্লকলে
চীঙয়া তময়া নিনখবে
তেরা মখোঙ লমদমদা

নোংবান নাকোঙ য়ৌথরে।

সীজনা ঈতৈ কৌদূনা
মুংশিবা মখোল তাবদা
শৌরা শৌরা কৌরকই
রাররুবী খোইবীনি
মাঙদা খয়া চঙশিনগে
কন খোৌবা নোংবাননি
লাঙ্গোঈ থক্তা হুনগৎলি
শোরোক য়াংবী মথক্তা
উফুল ক্রোঙ ক্রোঙ কারকই
× × × ×
খোইবীনা তামনা উরকই
চিংন কোঙ্গাঈ চামনা

ঐ লাকলে তাকপগুম
নোংবান পুক্লিঙ লাঙতক্লে।
"লাঙ্গোঈ কান্না পুরকউ
ওইনা চাউবা মুজানি
নবেম্মা হান্না ওক্লুগে।"
মপু সনা পাম্বোমনি
তফিং তফিং থৌরকই
লাঙ্গোঈ খোঙনা কাওরম্বা
নোংমদোন থক্তা হাইগৎলি
× × × ×
মিংফম হোংদনা য়েংলকই
মুজা মিপাই চাউজখি!

" কৃষ্ণী তেরা মখোঙদা মিৎকী অরোইবা ওমখৈদা
অঙৌবা মচেং উরিবা য়েংউ ঈপু কন্নিনো ?
মাঙদা উফুন কারিবা আ--তু ঈপু য়েংবীয়ু
শগোল তোংবা অমনা ঈশু ঈপু তমদূনা
লাঙ্গোঙ্গ খুরূপ থোরিবা - মুজা ইপাউ তাদূনা
·খুমননা ওক্কে লাকপরা ?"
নিংোল ময়া তাবদা নাইজহনবা মপুনা
ঙাইহাক মুন্না য়েংলকই খুবাক লাইথন তারকই
অশাংবা শোর হোন্দুনা থোইবী য়েংনা হাঙ্গরকই
" নপুনা শেরান্নবরা পঙউ উবা মতৌরা
তেরা মখোঙগী অঙৌবা অঙোম পেবু মানখ্রেদা
লাঙ্গোঙ্গ থক্তো তোংদূনা মাঙদা লাকলিবা অসিনা
নোংবান নম্রা সনাহল ?"
অঙোম, নোংবান তাবদা লিংজেন থাবী থোইবীনা
মপু নাইজা য়েংলকই অয়াকপা খোন থারকই,
" ঈপা ঈপু ময়াম্না অরৈমখৈ লৌতূনা
নিঙোল কা-দা য়েংপাদি শরৌ অমা লোইল্ল্লিঙৈ
অনৌবা লাং থাকপাদি নিঙোল ঐগী থম্মোইবু
থৌদূ মুঙনি খনবরা রাবা হৈতে নিঙবরা ?
শেম্বীদা লোই থাবীবা ঈপাম য়োরনি হরাউবা
মরক্তা শৌ থাকপীবা হৌজিক ফাওবা পেন্দবা।
পাঙ্গল শোনবী ঐবুতা হঞ্জিন হঞ্জিন ওৎপিবা
লোঙ্গরং শীঙখোঙ শাবিবা কনা থরাঙ্গনা খাঙগনি ?
ওয়মখৈ হোৎনজৌ অরৈমখৈ তানজৌ
অরা কোঙ্গাঙ্গ হাপকৎচৌ অসিমম্সু থঙজহৌ
থরাঙ্গ পামদবী থোইবীনি নমাঙদা য়াইবী থাগনি।

লোন্না শরৌ য়াওরগা
রা তান্নবা শাদূনা
নকোক পোক হৌরবা
চৈ পাঙ্গদেদা খাকলবা
'সিনা শিরমদাই ধর্ম্মরা ?
লুনা চান্না য়োকলকপা
শরৌ অসিগী দমকলা ?
নচা নিঙোল পোক্তরা
মী অমনা রাজবা
নুংশি মুঙোল মতৌবু
মিৎস্না থম্বাল অনিদা
খরগী মতুং তাবদা
পিনা মিৎস্না চোনখরে

নোংবান শেন চারগা
মুক্তা পুক্লিং থৌদোকপা।
নয়া মশীং শুক্রবা
অহল থওগী নথৌরা
নখূৎনা চাক ইন্দুনা
ঐবু ননমদা পোরকপা
অহলদি থম্মোই পান্দরা
মীমুংশি খঙদ মতৌরা
মী অমনা উদবা
শান্ন পোৎনি নিঙবরা ?"
অশাউব মৈরী কাপথরে
লাকচথিবা মতৌদা
নিঙোল পুক্লিঙ ফাওমত্রে

হিকনা হিকনা কপলকলে।

"দোলাই শামাঙ্গ লৈবীয়ূ
নোংবান মনাক চঙনিঙদে
য়াদ্রগা য়াইবী মাঙগনি।"
ঙাওথোরকপা তাবদা
অকি অথং পোকথরে
"পীকলিঙৈগী নপুনি
সনা পুক্লিং চিংনমু
করি. করম তৌদূনা
করম্বা শরৌ অমনা
নপু ওকপা থেংখরে
থাংজীংনা সাক্ষী ওইগনি।
নপাবুং মনাই য়াওরিঙৈ

অঙোম মশক য়েংনিঙদে
শেম্বীদা পুনসি লোমগনি
থোইবী মতৌ উবদা
হঙ্গবা ওকপা থেংখরে
মশু য়েংনা হাঙ্গরকই
ঈনমগন্দা চাউবনি
নপু করি খঙজদে ;
নোংবাননা 'সিদা লৈরম্বা
মানা লোই ওকলম্বা
করি অমত্তা খঙজদে
নপুনা থৌগল তৌরিঙৈ
নোংবান চামা লাকসমু

কনা কিদূনা চেনগনি ?
হৈরাং লম্মুন কোক্লবা
নপাবুং তাং ওইগনি
অক্ষোংবা য়াংবী মথক্তা
অক্লম্বা দণ্ডি ফংগনি
নপাবুংনা খণ্ডইদো
নোংবান মতিক নত্তেদো
তঙাই ফত্রবা মতমনি
নপুনা হাঙ্গজবা তাবীয়ু
সনা পুকনিঙ চিংনম্মু
অফংবা পাশ্বে থিগনি
তরঙদা তাউবা নোংবাননি
ঙাইহাক পোত্থাহনখিসি
নোংবান দায় শেংনবা
লোই ওকচরু থারকপা
নত্রবদি নোংবাননা
ফোংনা লোই ওক্লম্বা
নিংথৌ রায়েল হুকনি
করি কাঙ্গবা লৈরোইদো
সতি মিংচং থীরোইদো।
নোংবান অসে য়ৌরকলে
অপাম্ব ঙাইহাক শাবীয়ু
য়েক্লবা লাং থংনবা
অপঙবা অঙোম মচানি
দোলাই পূবা ননাইশিং
কেগেস্মূ কূম্মে য়েংসম্মু
সনা হকচাংস্মূ তেকসন্মু।”

পাইরক ফবী থোইবীনি
মাঙ্গথোং মকা রামথরে
মপু ইঙ্গিৎ খণ্ডবীনি
মপু ফোরোঙ্গ ইনখরে।

× × × ×       × × × ×

নোংবান তম্না চঙলকলে
সনানা নৌনা হাঙ্গরকই –
থাজ অহুম খাঙলুনা
মোইরাং পাথংনা উবীদে ;
মুংশি পাউবু ঙাইজবা
থাবন কয়া ফখিবা
কপ্না কপ্না লেনখিবা
মোইরাং পাথংনা খঙবিদে ;
'সিগা 'দূগা লাঙলরে
“ঐনা লোইদা লৈরুবা
কয়া রানা লেনজবা
খোরাংবা কয়া পোক্তুনা
নিঙনা নিঙনা লোইখিবা
অহিং কয়া হোৌখিবা
কেগে পাথ'না উবীদে
ঐনা মুংশিজরুবা

মীনদি শক খঙদবা নিঙোল লাইবক লেম্বীনি
কনাদা দোষ তৌগনি !
নোংবান পূমশুম শুমখরে হাঈনি হাঈরোই খঙদরে
“ননাইনা লানথ ঙাক্লনি চরণনা কৃপা তৌবীনি।”
নোংবান মরা তাবদা নোকফেৎ তৌবী থোইবীনা
কোকিল ঙম্বী খোঙ্গেলনা থোংনা নৌনা হাঈরকই
“অদূ পূম্নমক হৌখরে অরা কোঙ্গাঈ লোইখরে
মুংশি লমদম য়ৌরকলে মৈচাক পুম্বা মূংলনি।
ঈতৈ নোংবান কোঙযাম্বা নচলনা হ বা খুম্বীয়ূ,
নিঙোল পাখং মবক্তা কনানা রাবা হেনবগে
কনাগী মৈচাক্না কনবগে ?”
নোংবান মচীন লেঙলকই “পাখংনা হেল্লি” হাঈনিঙই
ঙাঙজনিঙবতা মঙাঈরে কাঙথোকপদি ঙমদরে
তিঙক মাঈঙক য়েংখরে মচীন খোই শাখরে !
মিংচিগী তেন কয়ানা নোংবান মশা শীনখরে
মুংশি রাহৈ কযানা নোংবান থবাঈ হূখরে।
সনানা 'মত্তং ঙাংলকপা প্রমাণ অমা তৌরকপা
মাবুতনি নিঙখরে ; ওইন বাহৈ কয়ানা
নোংবান তৌফম খঙহন্দে
“ওইনজব শাবনি মুপীগী হৌন শিনশাংনি
নোংবান ইকা য়ৌরকলে হৌজিক মরাই ফজনি।”
অসুম চঙশিল্লকপনা তেরা মথোঙ য়ৌরকলে
শগোল থক্তুগী চো থরে শৌরানা খুঙ্জী ওকখরে
সীজগী দোলাই থাখরে, “লম্বী শাংনা লেঙলকপা
রারবিনি সনাহল। নতৈনা খুদা শেমজরি
ঙাইহাক রাবা পোথাসি হাবীনিঙবা হাবীয়ূ

করি ৱাংপা তাকপীয়ু।" অসি হাঙ্গবা লোইননা
মথৃত্তা হুমাই পাইদুনা সনাগী থোগল তৌখরে।
নোংধান মতৌ উবদা সনানা নোকমি তৌদুনা
মথং পাঙ্গনা খাম্নকই ফম্ফম লাংদা কমহল্লি।
মতম তানজা য়েংলকলে।
মপুদা ইঙ্গিং পীরকলে "মীনাই ওম্না থাবীখ্রো
ৱাজৰক্লবা ঙাক্তনি লমথু ফমদা য়োসন্নু
অৱা পোথারুসন্নু নগুগী পাউস্নু তাকসন্নু
খঙদবস্নু খঙসন্নু পুক্কিঙ লৌশিং ওইসন্নু।"
থোইবী মপাউ তাবদা মপু নাইজহনবনা
থোগল শিংদা য়েংলকই সনা য়াথং লাউথোকই
"থোগল মচাশিং তাবৱা কুম্বী তেৱা—থাসিদা
সনাদি ঙাইহাক লৈথিনি মতম থৱা পোথানি
শেলুব নাক য়োরেদো থোইনা নুংশা থীদ্রেদো
নখোঙ্গ হান্না য়োরমলো নথো নথো পাওলমলো।"
হুন্নবা ৱাহৈ তাবদা নোংবানস্নু হৱাউ য়াজথি
"মখোঙ্গ করি কান্নরি য়ুম য়োনবা চৎসন্নু
অৱা পোথারুসন্নু সনা হকচাং তেক্লগা
ঙাইহাক পুঙ্গোঙ্গ লৈরগা ঐনা থোগল তৌদুনা
সনাস্নু মোইরাং য়োরনি নুঙাইবা পাউ তম্নম্নু
নবেম্মা ওৱবা থোরাওলু।"
নিংথৌ মনাই ময়ামদো কবো মীনাই মথৈদো
নোংবাননা কয়া পীজরে পানা কয়া লানথরে
মপুক পেম্না চাথোকলে মশা ওম্না তেক্লরে
অৱা অনা কোক্লরে। সীজগী ইঙ্গিং মতুংইন
মপুনা মন্নুংদা ঙাকলকই, পোথাঙ মথৈ চৎখরে

মোইরাং লমদম পাংথরে ;
থূমন য়ুমদা চঙথরে
উন রাইমুক চিকলদ্বা
মীনা রাই চিনথরে
ফৈরোঙ্গজাম্বা লোঙ্গননা
চাউবা নোংথোল খঙথরে
অথৌবা থোংলেন তাথরে
মনাই মশল পূমমক

কনাগী মরা তাদরে
থম্বা নাক য়ৌথরে
অচৌবা থূমন য়ুমজাউদো
পোৎনা শুমাঙ থনথরে।
খম্বস্থু থৌরাঙ লোইথরে
চীক্লা ঙাইনা লৈথরে ;
ফত্তবা থোকপা ঙাক্লবা
লোইনা শেম শাহল্লে।

× × × ×

× × × ×

সনাস্থু খাঙবা ঙমদরে
মপুগা ইঙ্গিং লোইনরে
তথকপী মিৎমা লৈরকলে
খম্বনা পীরম্বা চৈশুদো
সতি পুকচেল কাঙ্গজদ্রি
কোঙয়াং চৈ-শুনা মরক্তা
রানা থনবা উবদা

মিৎকুপ্প। যুগ শারকলে
তোঙ্গনা তানজা য়েংলকলে
মুংশি লমদম পাংলকলে।
হৌজিকস্থু নিঙোল থাজদ্রি
মুজা য়েত্তা থনজরি।
নোংবান থোইবী অনিবু
খঙশিন্নদ মঙঙগুম

নোংবাননা থাপনা হুনখরে।

থরাঙ্গমকনি থমজবা
চৈ-শু হুন্দোকপা উবদা
অথৌবা তাশোন থিনথরে।
কল্লে মতিক তৌবরা
তত্তনা পুজা তৌজবা
চৈ-গী মঙঙ লোদূনা
করিগী চৈ-দা তাইনবা
মনেম মকু তাথিবা
নোংবান থংপেক থংখরে

মুংশি চেংলৌ শকচবা
সতি থোইবী পুক্লিঙদা
“ঈবৈ নোংবান করিনো
নিঙোল থরাঙ্গ শকচবা
পলেম পম্বৌনি নিঙজবা
মুজা ঈতেং পাংলকপা
মাঙনবা করি তৌরবা
ঐদি করম থাঙগনি ?”
“ঐনা লাক্লে” হাঙ্গজরে

চৈ-গু নাক্তা চৎখরে　　মকোক খোক্সা খুরুমলে
চৈ-গু তম্মা পুরকলে　　পোইবী নাক্তা থমলরে।
"রায়োগন্ সনাহল!　　খওদদুনা তৌবনি
মতুং অমুক তৌজয়োই　　লেওনবতুম তৌরসি
মতম তানজা লিংখিনি।"
অসি হাঙ্গরিবঁও চৈরক্তা　　সীজনা "অয়ো" লাউরকলে
নোংবান ওকপ থেংখরে　　তোঙ্গনা মপাউ হংখরে
মথক্তা রাই চিনজরে।　　অরাবা চৈনা লোঙ্গননা
সনানা অমুক লাউরকলে　　হংবা ওাওবা খুমখিত্রে
"অয়ো ঈ-মা"দ হাঙ্গখরে　　নোংবান চমমনখরে
হাঙ্গকম তৌফম খওদরে　　নাইজহনবা য়েংলকলে
হঞ্জবনা হাঙ্গরকই　　"সনা পুক্লিঙ রারগা
অসুম হেক হেক তৌরকই　　ইবুঙোনা চৈ-লংলুবা
ওম্মোকনা লাল্লি শেলুংবা।
অওকপগী লাঙ্গনানি　　লমখাওদম্মু হৌরকই
শেলুংবা লৈরে হৌজিক্তি　　ওসাঙ্গমখৈ ইথক্ত
কয়া থারুই শেলুংবা!　　কবোরাই কৌবা লাঙ্গনানি
শেলুংব করম তৌগনি;　　সনানা হাম্না হাঙ্গরম্মী
শেম্বী পুওগী লাঙ্গনানি　　শগোল তোংলগা ফগনি।
তাবদা নোংবান ওকখরে　　সনাদি অসুম হেনখরে
গুন থোইনা থাওখরে　　নোংবান মকোক হোৎখরে।
"অয়ো ঈ-মা ইবেম্মা!　　পলেম উম্মো তমদ্রবোই
কাঙ্গনা মৈখু মুত্রিবঁও　　মুংশি সেবা ফংদ্রিবঁও
নৌনা কেম্মু তমলম্বোই।"
নোংবান থাওবা য়ারক্তে　　অফ কত্ত খনখিত্রে
শাবোং নিওথি হাপ্পুনা　　শগোল লৌরু হাঙ্গরকলে

"শগোল লৈরে সনাহল।
মাঙদা কান্ন পুরকলে
তরঙদা তাউবা কোঙয়াম্বা
বুদ্ধি লৌশিং মাঙখরে
"লাঙ্গোঈ কান্ন পল্লগা
ঈতৈ! ঈতেং পাংবীয়ু
শগোল থক্তা তোংলগা
শেম্বী পুংগী লাঈনানি
শগোল তোংবা হৈজরে
লাঈনা অনিরক হৌইদো
"অঙকপনি সনাহল।
খরা থুনা ফহনসি
শগোল থক্তা লেঙখৎসি

কবোরাই মথন চেনশুনি
হৌজিকস্থ ফত্রি সনাহল?"
খোইবা তাংনি খঙখিদ্রে
সীজগী থোদা ঙাইখরে
চৈনা খরা কোকখরে
লাঙ্গোঈ থক্তা কাজংগ
মরাই মথন ফজনি
মসিনা মরম ওইদুনা
নোংমগী মবুক মনুংদা
লাঙ্গোঈ অনিরক তোংইদো।"
অমুক্তা তাদ্রিবা লাঈনানি
সনা হকচাং শোকনি
ঐনা থোগল তৌরিঙৈ

সনা পুক্লিঙ চিংনম্মু।"

সীজনা থাংজীও খুরুমলে
য়েরুবা মপান তাংবগী
খম্বদা ঙাকপীয়ু নিজরে
খুজ্জী চেৎনা পাঈখরে
নোংবানন্ চিংনা য়েংলকলে
নিঙথিবা খোঞ্জেল থাদুনা
"ঈতৈ নোংবান কোঙয়াম্বা!
লেম্মা লেম্না চংখিসি
ঐগী থোইনা খনবীনু
খুজ্জী চেৎনা পাঈগনি
হরাউ তুজুং য়াম্লনা
সীজদা মঙ্গ ওনশিল্লে

পান্থোইবীবু নিঙজরে
খুমন্দা মাঈ ওন্দুনা
লাঙ্গোঈ থক্তা কাথৎলে
খোঈরুম মোমোন তৌজরে
মিৎচি তেন লোঈননা
নোংবান তম্না হাঈরকই
দোলাই ফৈনা তোংবীয়ু
কল্লক য়েংথী উসম্মু।
নাক্তা ঈ-পু লৈগনি
তপ্না তপ্না থোগনি।"
নোংবান দোলাই তোংখরে
কাইদা কাইদা চৎলকলে।

সনানা শগোল তোংবদো
য়েংজবগী পেনদরে
মশানা মশা থাগৎচৈ
মরাইবক কৈ খল্লকই।
শগোল থোঙথাং খুদিঙদা
সনানা নোমহৌ তৌরিবা
লৈরীকুম চুম্বী শমলাংনা
রাঙ্গ রাঙ্গ লাউনা তারিবা
সনাগী নাইন অনিনা
সনাগী নাপদা হাইরিবা
নোংলক্তা নোংথাঙ কুপ্লগুম
চীঙয়াদা উরোক পাইবগুম
সীজনা নোকম্বি তৌরকপা,
থম্বাল লৈকা ইমজবী
কোঙ্গরাওনবী মিংস্নানা
তরু তহেন য়েংলকপা,
তাম্না মানবী থোঞ্জেন্না
ঙারী কয়া শারকপা -
পোকঙৈদগী হৈবগুম
খুজ্জী চেজেং পাঙ্গদুনা
শগোল থক্তা ঙাল্লিবা -
মিং কুপ্তনা য়েংজরে
নোংবান ঙমুন মুনখরে।

মাগী মতৌ উবদা
মতম চারে খঙদুনা
লৌশিং চাউবী থাদোইনা
খুজ্জা কোমগোম থারকলে
খুরূপ মচা থোরকলে
মাঙদা খরা চঙশিল্লে
অমূক তম্না লেপ্তুনা
ঈতৈ লাকও কৌরকলে।
মিংনা কুপ্লদং ঙাইবম্মী
মাংদা অমূক থোগংলি
মিংকুপ অহুম থোদোকই
মিংকুপ অমা ঙাইরকই
লম তরা চথোকই
থগাঙ্গ অনি হনজিল্লি
অস্থুম শাম্ন শান্ননা
মাঙদা অস্থুম চৎপনা
নোংবান তুংওইনহৌরে
ফনা য়াম্না থাপথরে।
অস্থুম অস্থুম তাম্লকলে
মশেল মরাং উরকলে
চৎখ্রুদবোই নিঙলকলে
খুংলাম তোঙ্গনা কৌরকলে
শগোল শমাঙ্গ লৈরকলে
সনানা হৌনা লাউরকলে—
"নোংবান হাঙ্গবা মাঙ্গথাবা
ঙসি ঈতৈ কৌবীবা
ঐবু লৌবা শকচরো.
মম্নিদা থৌশাজহৌরো

হৈরাং লম্মন শিংলমলে
পম্থৌ দায় শেংলমলে ;
পুন শংবাই নাতংপা
য়ৈন কাঙজ্রম মক্তোনথোক
ননা থিংনা তাজহৌ
নম্মিং থিংনা য়েংজহৌ
খূমন য়ূমদা য়ৌগনি
খম্বা নাক্তা চংকনি
নবুংঙোদা তমজরু ।"

অসি হাঙ্গবা লোঙ্গননা
শগোল মমাঙ্গ লৈথরে
মাবু কৌরে খন্দুনা
দোলাই লেংবু চৈদুনা
থুনা চংলু হাঙ্গরিঙৈ
থোইবী মশক উখিদ্রে
মুংশিংকী মাঙ থাথরে
খুরূপ কম্না থৌথরে
রা ঙাঙবা নংহৌদ্রে
উনা উনা উখিদ্রে
মিংকী কারণ লানখরে ।
নাইজহনবনা লাউরকই
"মাঙলে মাঙলে শেলুংবা
শগোলনা সনা চেনখরে
শোঙ্গবা ঙাম্বা থোক্লদি
নিংথৌ দণ্ডি ফংগনি
করি উপায় তৌগনি ?"

মিংনা কৃষ্ণদ কোওয়াম্বা
দোলাই থক্তুগী চোংথরে
চরৈ কৌনা তাখৎলে
খোঙদোঙ্গ য়াঙনা চুনখরে
নোংবান রাবা খঙখিদ্রে
"ঙাইখো, লেপখো লাউরক্লে
অরোইবা মাঙ্গকৈ ঙমগৈদা
অহাঙবা শুন আতিয়াদা
ঙু ঙু ঙু ঙু ঙংনা তিনখরে ।
মাঙদা ওক্কবা মীশিংদা
"কান্ননা থোইবী চেনখরে
থংপীয় ফাবীয়" লাউরক্লে
থোইবীদি শক উখিদ্রে
নোংবান নিংদোন চোংখরে
ঙাইহাক থোইবী কাউথরে
সনা মাঙহনবা মরাঙ্গনা
নিংথৌ রায়েন হুক্কনি
করম্বা দণ্ডি ফংগবা !
হন্না হন্না খল্লকই
খল্ল খল্ল রারকই
কিবনা লাঙ্গোঙ্গ চল্লকই
মপুক্লিঙনা চেনখরে
মথোঙ থা.বন্নি থোক্তুরে
[illegible] শামুনা তানবগুম

## নোংবান মঙম শান্দরে

× × × ×

সনাদি 'সোমদ কমদৌরি॰
খুদোং থীবা কাউদূনা
পোকঙৈদগী হৈতবা
তাগনি রাখল খনখিদ্রে
নোংশা থাম্লাং চল্লবী
কল্লব য়েক্ত খূত্তগী
শিরবস্থ ফরেদো—
পাম্মু নাকোঙ য়োরগা

মুংশা থীবা লোঙ্গননা
মুংশিংকী মাঙ থাথরে
চসি শগোল তোংবদ
শিগনি হাঙ্গবা কিখিদ্রে
শজী শঙাই মতৌগুম
নাম্থোকপদ ঙম্মদি
মুরা মপাউ তারগা
মুজা লাইবক থিবীদো

পুক্লিঙ শেপ্লেদি খঙগনি।

রখল অসি মাঙওইনা
হুমাং মরীক শৌদূনা
মুংশি লমদন পাংলকলি
মতম কুইনা উদ্রবী
লোইব নাইদ চাক্লুবী
হারউ মুংশি য়াল্লবী
মচা ঙাইনা লৈরম্মী
নিপা মরাঙ্গ হেন্দুনা
লমজেন তাম্নগুম থৌরকপা
তৌঙমদব মতৌদা
লাঙতক্কবা লোঙ্গননা
খোঞ্জেল রাংনা লাউরকই—
লাঙ্গোঙ্গ খুজ্জা য়েথংলো
নপাম লমদম য়োরকলে
লৈরাং শুনা চিল্লরো

শিবা নাবা কিদনা
মুংশিংনা শমলাং থাঙ্গদূনা
মোইরাং খুনজীন তমলকলি।
মচা শেংন রাখন্না
মচা উরনি খনবদা
মমামথৈ তিন্দুনা
য়াংবী থক্তা লেপলম্মী
অচৌবা লঙ্গোঙ্গ কিদনা
থোইবী লিংজেন উবদা
মিত্তা পি নাম্থনৈ
মুংশা থীবা উৎতূনা
"ঈমাগী ঈবেম্ম মুংশিবী!
শগোন্দগী কুমথরো
হৈরাং মখল চাররো
ঈ-চানা পাম্বা হাঙ্গরো।

ঈ-চানা নিঙবা থু'গনি নমা ঐথোঈ লৈরিঙৈ
কনাগী মতিক লৈবগে নপল নিংথৌ ঙাইহৌরি
নপাবুং যু-ব-রাজনা অঙম অথৌ লোঈননা
ঈচাগী লম্বী য়েংহৌরি।"
সনানা থুনা খুমলকই চেন্না চেন্না হাঈরকই —
"রারৌগন্ পলেমখোঈ। পামদবা নোংবান য়াম্নবা
য়ারৌ শা-গী মতৌগুম নচাবু তুংদা তাল্লকলি;
খূমন য়ুমদ চঙজিল্লিঙৈ পাম্মু নাক্তা য়ৌজিল্লিঙৈ
নোংবান খুত্তা তানিঙদে পম্থৌ ঈপল অনিমক
নচানা থুরুমজে তম্বীয়ু। হৈরাং কোম্মা চাজগে
লৈরাং কোম্মা চিনজগে নচাগী মতম লৈতরে
ঐনা হৈরাং চারিঙৈ য়াম্নদো লাক্কনি।"
লাউনা লাউনা লাপথরে উনা উনা উথিল্লে
পনবা হৈতবী থাদোইদো নিপা লিংজেন হেনবীদো
অমূক পনবা তৌরমল্লে
সীজনা চেল্লকপা উবদা খুমনদা পাউ তাকথরে
নোঙ্গৌবী কৌবা চেক্লানা নোংদোন লাইজা ঙাইবগুম
মিংকুপ্পা যুগ শাদুনা চিংন কোঙ্গাঈ পোকতুনা
তৌফম খঙদ মতৌনা গুন থোইনা খাঙলম্বা
রানা ঙাইরম্বা খম্বদো খরাঈ খোঙ্গান তমখরে
হরাউ তুজুং য়াম্মনা সনাবু ঙাইনা লৈখরে।
× × × × × × × ×
শাবী শানৌ অনিদো অমনা অমা উম্মরে
য়েংন য়েংন নকশিল্লে মিংত্ত মিং খম্মরে
মিংলু নাপোম অনিদা কনা থৌইনশিন নত্তনা
হুংশি ঈরা চেন্নরে মিং কুপ্তনা য়েংনরে।

মতম কুইনা শেংনবা যুগ কোন্নাঈ শকখিবা
মপোক অমা হোংবগুম মঙমা তাইবঙ ফাওবগুম
নৌমা অমূক উম্নরে অমনা অমা ফংনরে
থম্মোই মুংগী মুংাইবা মিংকী পিনা পাউদম্লে।
মবুঙো চেংলৌ উবদা লাঙ্গোঈ খূজ্জা য়ৈথংলি
কাহদ কাইদ চঙশিল্লি মাঈথোং মকা লাম্লকই
শগোল নাক্তা চংদুনা থম্বনা লাঙ্গোঈ থাম্লকই
য়েক্লবা নাক্তা লৈরিঙৈ নোংবান মখূৎ চল্লিঙৈ
লৌশিং চাউবী মুক্তাদো রাবা মশক খঙলমদে
শগোল তোংবা কিরমদে।
হৌজিক কনা কিগনি অকনবা শেগা য়ৌজরে
কেথোকচফম ফংজরে নাউথী শাফম লৈজরে।
লাঙ্গোঈ থক্তগী হীকথরে মশাবী ঙক্তা কোপ্লরে
মুক্তা পাঙ্গল য়াওখিত্রে কবো লোইগী অরাবা
নোংবান নাক্তগী চেল্লকপা ওসাঈ মথৈ রারকপা
পাম্মু কা-দা কচ্চরে চঙনা স্বর্গ ফংজরে।
মিৎস্না থম্বাল অনিদা তর লাইজা লোঈননা
রাহৈ মতেক মতেক্লা মুংশি মপাউ তমজরে
পুক্লিঙ মৈচাক মুংচরে।
থূমন য়ুমদা লেংশিল্লে মুঙাইবা পান্দম লৈতরে
অংাবা শোর হোন্দোকলে ওইনা রাহৈ চামনা
থম্বা রাই চিলহল্লে। সনাগী মতেং পাংলকপা
অপাম মুংশি থুংহনবা নোংবান লাঙ্গোঈ কাক্লদো
শাঝোং শাবন লৌথোকলে মথৌ কোকপিরে মতাগুম
লম থাপনা হোইদোকখ্রে থোঙ্গান্দা শাবন তাহোল্লে।
নোংবান রানা চেক্লকলে মুশা থবেৎ হোনখরে

শাবন তাৱম্বা থেংনরে
খুমন মাঙোল খেল্লোংলাং
সৌজনা ঙানবা উক্করে
মশানা মণা থাজম্রে
মম্মিং নোইনা য়েংলকলে
মিংক্ষম হোংবা ঙমদরে
নোংবান মকোক ঙাওখবে
হেনজিনবস্থু ঙমদরে
মঙদ লিলা য়েংখরে।

"খুমন মচাগীদমক্তা
নোংবান পাঙ্গল কেমজবা
অঙোমন পুক্কে তুমজবা
খোইযুম লাইও। মীনম্বা
সনাস্থূ মীগী ওইখিবা,
খুন্ত্রা পাঙ্গবনা ঐগী
য়াদা হুকপনা মীগী
মীনা চখোম থনখিবা
ঐনা কবুই কৈয়োইবা
করি লাইগী রায়েম্নো ?
কলি চঙলবা হাইদুরা
ঈপুম থিংনা নোমজবা
মীনা মহৈ চাখিবা
অদু পূম্নমক মথক্তা
অমুকস্থু দণ্ডি ফ জবা
রায়েন কাবন লাকখিবা
তোংজরেদা নোংবানদে।"

অসি খিবীক থন্দুনা
মখোঙ্গী নরীন থীংখাবে
খরাঙ্গীদ মূনা য়েংলকলে
চঙশিনবস্থু ঙমদরে।
নোংবান মতৌ উবদা
শুমাও য়াঙ্গীদা লেপ্তুনা
খম্বনা খুং হংলকই
লাউ হাঙ্গনা কৌরকই।
"মতিক নত্তে নিঙদূনা
মপা চা-দে থন্দুনা
থোইবী কৎকে হাঙ্গমাল্লে"
অসি রাথল তৌরকই
নোংবান পুরিঙ হরাউই
তফি তফিং চঙলকই
শুমাং য়াঙ্গীদা লেপচরৈ
মচীল কাঙব নংত্রিরৈ
খম্বনা কবেম্নরকই—

"য়াম্বা হাওবা করিনো
থরাঙ্গী থোক্লান্দ লেপ্তুনা
নঙনা মূনা য়েংবদি
করি হাঙ্গগে তৌবনো ?
হিদাক মনা খিবরা
খোংবান খৌগে হাঙ্গবরা,

কল্লক মিৎয়েং থৎনবা
লৈপন না-গে খল্লিদো
নপাং অতৈ য়াওবরা
ঐবু চাকথাক পীয়ুরা ?
করি পাম্বা হাঙ্গীয়ুদো
নপাং থিরুগে হাঙ্গীবরা ?
তিঙক মাঙ্গীঙক লেপল্লিবা
ঐগী ইংখোল অকোঙ্গীবা
লৈপাক শূব হৈবরা
চেপ্লেং পুনা চৎপরা
নকোক হোৎন খাঙগনু
নথন্তুদি ওয়োইদো
ঐনা ঙাঙবা থুমদবা
তুমিন নকোক হোৎলিবা
নরোল থোক্তা মতৌরা ?"

খম্বা মরা তাবদা
হৌনা শাংনা নোকচরে
" যুবরাজ সনা য়াথংনা
পিতৎ পাতৎপা নহাকনা
সনা মশানা য়াদনা
নম্মা ফাদুনা পুশিনবা !
খুকউ শেম্ন লৈরম্মু
নখুং য়োংহিং চনগনি
তরক তরকপা মিৎয়েংনা
নোংবান মমাঙ্গী ওনখরে
পেনজরবী থোইবীদো
নোংবান মাঙ্গী ঙাঙখরে।
ঐবু লোই ওকহনবা
মিরাং থুবা য়ুমশিদা
ঐদি কল্লি মতাগুম
মীগী মপোৎ হুরানবা
ঙাইহাক পুঙ্গোঙ্গী লৈরগা
নোংবান ঈতৌক খঙগনি।'
সনাদা চিংনা য়েংদুনা
খুদুম চীঙনা চংখরে
শাবন নমদা পোথরে।

নোংবান মতৌ উবদা
" মীনা হংবদি খুমদনা
নপাং হৌরুগে তৌবরা
হৌন লমচৎ খঙদরা
নোংবান থোইনা তারমদে
সনা কোম্মুং তমখরে
নোং খোংবগুম কপ্পরে
খম্বনা ৎয়া লাউরকই
তুমিন চংপদি করিনো
চাঙগী হাও ওইবনা
ননা পঙই তাকপরা ? '
মমিৎ হন্না য়েংলমদে
যুবরাজ নাক য়োখরে
" নজা ঈবেম্ম ফাখরে

মশানা য়াদা মুনখরে
কপ্পা কপ্পা লৈহৌই
মিংস্না ঈরা চেন্দুনা
কল্লি মতিক খম্বনা
অশিংবা নিংথৌ মনাউনা
মমাশিংনা তমদুনা
অপঙবা নোংবান কৌবদি
নোকমি নোকমি তৌদুনা
"নঙোন্দা ঈ-চা শিম্নবা
নখূত্তুগী নাম্থোকখ্রে
ওইদবা পরেং শেমদুনা
অমুক নৌনা ৱাকৎপা।
হাম্নবা য়াথং থাখরে
ইমোম লাংলেন থোইবীনা
খুমন য়ুমদা চঙখিবা
লোঈ ওকলু থারুবা
নিংথৌ ৱায়েন ফংগনি;
কংলা পুঙজাউ থীনগনি,
ঐগী পুক্নিঙ ওংকনু
অসি হাঙবা লোঈননা
মমাঈ ঈচপ ভাঙদুনা
ননাইনা মুনগে চংখিবা
'ঈতে নোংবান' হাঈদুনা
চিংনা য়েংনা লৈহৌই
ননাইবুস্নু য়ৈরকলে।"
নোংবান মতাং খঙখরে
য়ুবরাজ হাম্না তারমলে
মমুংগা ৱা খঙখিদ্রে।
সনায়াখং হাঈরকই
লোই ওকলু থাখিবা
নরৌশিং নপাঙ্গল চমখরে
ঐবু উং চাইরবা
নোংবান নৱা তানিঙদে
ঐগা ঈথৌ লোইখরে
ঐগী নাক্তদি লাক্তনা
মতিক চাদবা নিপাদা
নোংবান নৱান ওইগনি
থুনা বিচার তৌগনি
ওইদবা ৱাহৈ খরনা
নোংবান নৱা তানিঙদে।"
সঙ্গাই মুংদা লেঙশিনখ্রে
শাবন নমদা হুন্দুনা
নোংবান ময়ুম পাংখরে।
মচন তোরো কৌবীনা
হৌনা খুবাক খুখরে
"ঈনম্ম সীজ লেঙলকলে
ঐখোক তাচৌ পোকচমন
মবুং মতৌ উবদা
লাউনা ঈশৈ শকখরে
তাচৌবনা পোরকলে;
অঙোম শাগৈ চাউজরে।"

নোংবান শাউবা থেংথরে উৎতো ঘী হৈখরে
তোরো য়ৈগে তাল্লকলে মচন্না চেন্না শকলকই
"ঐথোই তাচৌ পোকচমন থম্বনা থোইবী ফংজখি ;
তাচৌনা লুনা তৌজমন কান্ননা থোইবী চেনবীথি ;
তা শৌরা য়েংজরো নবেম্ম সীজ পোরকলে
নবেম্ম সেবা ফংজরো তাচৌ নমদগী থাজরো।"
অসি হাঙ্গবা লোইরগা তোরো মশক উখিদ্রে
নোংবান খদাঙ চীকখরে ময়ুম চঙদ তানখরে
মাবুতদি চীঙখরে।



